ডাক্তর কলোশোনা পাধা

ডাক্তর প্রভোদচন্দ্র সেন শী

# সদাশীবগী মঙ

• • •

মনিপুরিদা হন্দোকপা—

৺খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ

# "সদাশীবগী মঙ"

মনিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না অহানবা উৎপা
তাং ১৪ । ৪ । ১৯৭৩ ইং
[ অহানবা সোদা কুমপিবা এম ডি, ইউগী আর্টিষ্টশিং ]

নুপাগী শক্তমদা :—

সদাশীব— শ্রী মাইবম রামচরন সিংহ
বিজয়— „ কে. বি. সিংহ
অজয়— „ তেলেম উপেন্দ্র সিংহ
হরেন বাবু— „ হঞ্জবম নীলমনি শর্ম্মা
নরেন— „ অখাম ক্ষীরগোপাল সিংহ
দয়াল— „ খাইদেম বিহারি সিংহ
জামিনি— „ হিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা
পশুপতি— „ ভাঙোম বিরজিৎ সিংহ
প্লাবন— „ অয়েকপম বুধচন্দ্র সিংহ
অশান্ত— „ হিদংময়ুম শান্তি শর্ম্মা
রূপকুমার— „ পুখ্রম্বম মঙ্গী সিংহ
মিন্টু— „ তোম্বা শর্ম্মা

নুপীগী শক্তমদা :—

দুর্গা— শ্রীমতি বিনো দেবী
কল্যাণী— „ ইবেমনি দেবী
ডলি— কুমারি ইন্দিরা দেবী

Music— শ্রী লাইশ্রম বিরেন্দ্রকুমার সিংহ
Light— „ হরি শর্ম্মা
Direction— „ এন. তোম্বি সিংহ
Produced by :— Manipur Dramatic Union,
Police Line, Imphal.

# থাগচ্চবা

লাইব্রিক অসি ফোঙবদা মনিপুর গোবর্নমেণ্ট, এডুকেসন ডিপার্টমেণ্টনা ইন্তেং পাংবিরকপা অতুগা নেসনেল প্রেসনা ছাপা নম্বীত্না অহানবা শায়োন নীংথিনা থোকনেবগীদমক এডুকেসন ডিপার্টমেণ্ট অমস্তুং নেসনেল প্রেস অনিবকপু থরায় য়াওনা থাগচ্চরি।

ডাক্তর পি. সি. সেন

# সদাশীবগী মণ্ড

## অহানবা অঙ্ক

### অহানবা উৎপা

"সদাশীবগী য়ুম। নাকল অমদা য়ুম উবা নাকল অমদনা ডাক্তর থানা,ময়াইদা লৈকোল, মনিংদনা লমজাওদগী চঙলকপা কোম্থোং, অয়ুক, অঙৌবদগী মমলয়দগী খরা খরা ঙাম্থোক্লকপা, উচেক-বায়া খোংলকপা। কোম্থোং বাংমগী জম্বোদা থুঞ্জাগী মীনা হরিসংকীর্ত্তণ তৌদুনা চৎলি। মতম অসিদা বিজয় ইমুংদগী থোক্লকতুনা কোইয়েং য়েংলগা ইমুংলোমদা ইঙ্গিৎ তৌই কল্যাণী থোরকই।"

বিজয়—ইমা কদাইদা লৈ ?

কল্যাণী—চাকশঙদা।

বিজয় -অজয়দি ?

কল্যাণী—অজয়দি নহাক্কী চাননবা মণগী ঘী লৌবা চৎখ্রে। নহাক্না কলিকতাদা চাক্লনবা ঘোষালখোইদগী মণগী ঘী লৌবা চৎখ্রে।

বিজয়—কল্যাণী।

কল্যাণী—করিনো ?

বিজয়—খঙলবরা কল্যাণী ঙরাং অহিং নোংশোইবা মিং অনিসি ঙাই-হাক্তা ফাওবা উইশিনবা য়াখিদ্রে। নোংঙাল্লগদি কলিকতাদা

চৎলগনি গল্লুবদা। নখোয় ময়ামবু থাদোক্নুা চৎলগনি খল্লুবদা হেক্তা কপনিংই।

কল্যাণী—ঐবুদি কপনিংদবোট খনবরা ?

বিজয়—করম্না খনগনি, নখোয় ময়ায়া নথবাই অহুক য়াওনা ঐবু কলিকতাদা থাননবা—নঙগী ফমদগী ঐবু লাপথোকহন্নবা হোৎনরি।

কল্যাণী—অদুম্নকা হায়রবদি ঐনা শাওরক্নুা হেক—

বিজয়—হায়বদি ?

কল্যাণী—হোরেল নঙনা চৎলমদাইদা ঐ থোরক্লোইদবনি।

বিজয়- (নোক্নুা) ঐস্মু চৎলগেকা হায়বা তাক্লমলোইদবনি। কমদৌই চপ মান্নরেদনা।

কল্যাণী—বাঙাং কোৎচি কোৎনদুনা কান্নদে, খেঙখ্রে চৎননবা থৌরাং তৌরুরো।

বিজয়—অচুম্বনি হায়রিবসি কল্যাণী, থাজৌ, কলিকতাদা চৎপা অসি কিশিল্লকলে।

কল্যাণী—কনাবুনো কিরিবদো ? অঙাং ফাবিবুরা ?

বিজয়—ফাগী নত্তে কল্যাণী। চহিসিমা কলিকতাদা লৈরুবদৈ পুক্লিংদা হৈনিংদবা অমা পোকলে। অহিং গুংথিল অনিদা ট্রাম গাড়ীগী গদ্রং-গদ্রং। অশংবা লবুক লমহাং, নিংথিজবা পুখ্রি অমফাও উদবা—মাইকৈ মরিদা চেক্লী দলাল নিলখোংবা লর্মী লমজাও ভাক্তা—খুঙ্গংগী অহাংবা লর্মীদা পুসি লেল্লকপনা মফমহুদা লৈবদা স্বর ফুনদোই।

কল্যাণী—মতুগীদমক্তদি থোইনা বাক্নু। থবা লৈরগা মরাইনা হৈনজ-রক্কনি। কলিকতা থাদোক্কুনা য়ুমদা হল্লক্কে ফাও থল্লকলোই। নঙগী মরমদা পাজিহন্না শাগৎলিবা ভাবকী দলাল—মঙগী ফুরা ঐগী অবাংবা বাখনগী আশা—নঙনা অফাওবা ডাক্তর অমা ওইরকলগা থুম্বংগী সেবাদা মায় ওনশিন্দুনা পাজিহনগী মিংচৎ হেনগৎহনগনি হায়বা পাজিহনগী নুংঙাইরবা মঙ—( মপান্দগী দুর্গা ) কল্যাণী! ও কল্যাণী! নোং ঙানবদা ঙাইরিঙৈনা কদায়দা চৎখ্রবনো নিংথৌগী মচানুপিদুরো? ( দুর্গা চঙলকই )

দুর্গা—অসিদা লৈরমলিবা উচিথেম্বী শাদুনা, পোম্বী চিল্লোক্লবদু মঙাইরে, শিনিংঙেদা ঐদি বিজয় চৎলো ইকুঞ্জরুরো, চাক লোইরে।

বিজয়—ইমা ( য়াম্না হঙ্গোইনা ইমুংদা চংগি )।

দুর্গা—অয়ুক ঙন্তাসিদা, অঙাং লংফৈ চৎকদৌরিবসিগী থবক ইনশাং নোম-গেদি হায়দ্রদুনা ইবেম্মা মহারাণীদি অঙাং ফাগদবগী বারীশিংবুন তৌদুনা লৈরমলিবোইরে। মসি থোক্কনি হায়দুনা ঐনা নহান্না শঙ্গোম পিথক্কুনা লীন অমুবী য়োকপা তৌনদে হায়না মাগী পাবুংদা হায়জবা অদু ঐখোয়গী বাদি তাবীবা নত্তে।

( তাঞ্জা অসিদা কোম্মোংলোমদগা সদাশীব ডাক্তর চঙলকই, মথুত্তা বেগ পায়, নুমিদাং তুমদবগী বানা উই )

করিনো উর্তিংবগুম লেপ্তুনা লৈরিবসিবো? লেঙলা থবক থনা থবা তৌবিদুনা ঐগী ইতে খবা পাংঙো।

সদাশীব—করি তৌরবগে দুর্গা? অয়ুক অঙনবসিদা নুপিমচাবু অদুক শাওরিবা করিগীনো?

দুর্গা— হুইনাও চাল্লগা লৈতোন লেকই হায়বহ্ন তৌরে।

সদাশীব—য়েংঙোয় দুর্গা ঙসি অসি ঐখোয়গী য়াইফবা নুমিৎনি। বিজুনা মীরৈবাক্তা মহৈ তম্বা চংকদৌরিবনি—কদৌঙৈ হল্লক্কদগে হায়বা মফম খঙদে, অসিগুম্বা নুমিত্তা নহাক্লা লাউ-খোংদুনা পুক্লিং লাংনবা তৌরিবনি চুম্বরা! চৎলো গাড়ীগী মতম য়োরক্লে বিজুবু খৌরাং লোইরো হায়রু।

দুর্গা— ঐদি হায়জরিবা অসিনি, মপুং ফারবী মীচাবোক লৈশাবী অমবু ইমুংদা থমদুনা, ইচা অঙাং অসিগী মাঙনবা শিল্লিবহ্ন ঐদি য়ারোইদৌবনি।

সদাশীব—ওন্থোকপনিদা দুর্গা! কল্যাণী চৎলু চা কপ অমত্তা শেমলুচো ঙরাং অহিং নোংশোইবা তুম্বা ফংদহুনা হকচাং অসি করিনো অমা তৌরে (কল্যাণী চংখি)।

সদাশীব—য়েংঙোই দুর্গা ঐ হকচাং কয় নুংঙাইতে অদুগ পুক্লিংম্বু ওন্থোক্লা লাংতক্খ্রে অদুনা নঙোন্দা ঐনা হায়রিবসিনি হিরম অসিগীদমক নহাক্লা ইমুং মহি লাংহনগনু। নঙনা হেন্না খঙ-লিবদুনি, ঐগী নহা ওইরিঙৈগী মরুপ অদুনা মাগী অমত্তা ঙাইরবী মমা লৈত্রবী মচানুপিবু ঐগী খুবাক্তা শিন্নরমলগা লাইরৈবাক তানখ্রবনি। কল্যাণীগী ভার পূম্নমক ঐনা লৌরে হায়না মরুপকী মফমদা ঐনা ৱাশকখিবহ্ন ঙাকপদনা ঐগী ইথৌনি দুর্গা। ঐনা নঙোন্দা হায়জরি কল্যাণীগী মরমদা নত্তবা ৱাখল খন্দুনা নশাবু অনেম্বা থাক্তা পুথগনু। মমা মপা লৈত্রবী নুপিমচা অসিবু নংগী নচানুপিমক্লি খন্দুনা নতম্বাক্তা কোনশিনবিয়ু।

দুর্গা— অচুবু মীচাবোক অমবু—

সদাশীব—ওম্মোকইদা দুর্গা তর্ক তৌরনু। নঙদি কদৌনুংদমু ঐগী চীনথক্তা বা ভাংদবী নুপি অমনি। নহাক অসি ঐখোয়গী খুঙ্গং অসিগী সতী লক্ষ্মীনি হায়নরিবনি। তুং-মাং হন্না য়েংবদা মাগীনি হায়বা কনাসু লৈজদ্রবী নুপিমচা অসিবু নহাক্কা অমুক তাথি-রিবসি থব্লুবদা ঐগী বাথন্না লাম্বা ফংদে নোংমতমু মানা নঙগী বা হিক্তোকপা উদে।

দুর্গা— মাগা বিজুগা লুহোংবিগে হায়না! মাগী পাবুংনা—

সদাশীব—মতুদি হয়েং—কাইনথংগী বানি দুর্গা। অহানবদা ঐনা মঙলিবা ঐগী মঙ অসি মহৈ য়ানখিসনু অচুগী তুংদা................। খঙঙু দুর্গা ঐগী ইচানা পাস তৌরবা ডাক্তর অমা ওইগনি। লৈবাক লৈবাক্তা মাগী মিংচৎ শিনথুংলগনি, মহৈদা শেল থুমদা মিংচত্তা হিরম খুদিংদা মাগী অৱাৎপা লৈররোই।

( কল্যাণী চা পুদুনা লাকই )

কল্যাণী—পাজিহন চা লৈরে।

সদাশীব—চৎলো দুর্গা, বিজুগী চৎননবা শেম শাবিরুরো। মতম কুই-রক্লে, ট্রেনগী মতম ওইরকলে। ( দুর্গা চৎখি )

সদাশীব—( চা কপ লৌদুনা ডাক্তর খানাদা ফমই ) নহাক করিমন্তা খললুগনু কল্যাণী, খরা লৈরগা তপ্না তপ্না পূন্নমক ফরক্কনি। সংসার অসি পূন্নমক চপ মান্নবা নত্তে অচুবু পুন্নমকপু য়াননবা চৎকদবনি। ঐনা উরে নমাবোক্কী মরমগীদমক নঙগী নপুক্লিংচু ইরাং লাংই হায়বা।

কল্যাণী—ন-নত্তে পাজিহন! পাজিহন্না ঐবু চানবিবসি নিংশিংবদা ঐগী অঁবা অঁনা পূম্নমক কাউই, পূম্নমক নোক্না নোক্না থাওবা ওমই।

( মপান্দগী অজয় চঙলকই মপাবু উদহনা )

অজয়—হাঃ হাঃ হাঃ ঐহাক অচম্বা চাকনিবা..............ঐগী ইমিংনা রাবণ..............লঙ্কা লৈবাক্তা ঐ কোন্নুং.............. ( মপাবু উবদা মরৈ তিংথোক্তুনা চেনগে তৌবা )

সদাশীব—ঘী পুরক্লবরা ?

অজয়—ঘী অহেনবা লৈরমদ্রে।

সদাশীব—থোবালখোইদা ঘী লৈরমদ্রবা ঐনা হান্নমা শেল পীগ্রবতুদি ?

অজয়—থোবালখোইগী খীহু থুগুগী নাম্নোকতুনা তাথোকপ্রে।

কল্যাণী—অদুদি করদোনি ?

সদাশীব—অয়ুক্তা য়াম্না রাক্লরে—হৌজিক্তি চাক চারুরো হাউশম শেগাই-বদা কুমনা নম্বগুম হাঞ্জিনলুরো, অদুগা লোইরগা গুমাং লীলা ঔরাইবা চংলো। কাম্লত্রবা মীরেম, থবক অমত্তং হায়বদা ফজনা তৌরকপা লৈতবা। লাইরিক তষদম্নু মথৰাই য়াওদবা ইমুংগী থবক থনাদম্নু মথোং থোক্তবা—নঙগী নথৌ হায়ববু ঙাইহাক লৈতনা চাবা, থকপা অদুগা কোইবা ( দুর্গা চংলকই কল্যাণী থোকখি )

দুর্গা— করি তৌরবগে অয়ুক ঙস্তাদা অঙাং অদুবু অদুক থীনা ঙাংলিবা অদুবু মানা করি তৌরবগে মাগী মরাল খজিক্তং হেক উবদা মাগী পাবুংনা অম্ঙপ থীনা ঙাংলিবসিবু।

সদাশীব—নঙনা হেক হাকল্লবা মক্তনা অঙাং অসি, অসি য়ৌগ্রিবনি। নঙনা লুনা তৌবা মক্তনা মানা লুতোন কারক্লবনি।

দুর্গা— হোয়নে, হোয়নে, অদুবুদি য়ুম মৈ খাদোকলগা মীচাপোকপু ঈশিং হোলহন্দুনা য়ুম কনগে তৌরিদাইদো ·········অজু ! লাও চংলকলো লাকও।

( অজয়গা দুর্গাগা চংখিবা, হরেন চংলকপা )

হরেন—ডাক্তর লৈবরা ?

সদাশীব—কনানো মাষ্টর—চংলকউ ফমলো বন্ধু ! ( অনিমক ডাক্তর খানাগী ফমফমদা ফম্বিল্লব )।

হরেন—বীজয় চৎখ্রবরা ?

সদাশীব—চৎখ্রি।

হরেন—করিনো থেঙখ্রেমা। নরেনদি চৎখ্রে, মখোয় অনিমক ট্রেন অমত্তা চৎমিন্নগদবনি। থুনা থোরকলো হায়রো।

( বিজয় সুট কেশ অমা পায়দুনা থোরকপা লোইননা দুর্গা অমসুং কল্যাণী থোরকপা, তাঙ্গা অসিদা ফিংনা দয়াল মাঝি চংলকপা )

দয়াল—ডাক্তর বাবু!

সদাশীব—করিনো ?

দয়াল—হঙ্গবগী মচাদু শিহোরে হৌজিক্তা।

হরেন—সুংঙাইতেদা মচা অমখক্তা পোকচবা অদু শিরবোইরেদো।

বিজয়—পাবুং ঐ চৎলগে।

সদাশীব—চৎলো চৎলো। নহাক চেকশিন্না লৈয়ু। চিঠি হেক হেক থারকউ। নরেনগা নহাক্কা তৎন-খানগনুকো।

বিজয়—খানজরোই। ( হরেন বাবুদা খুরুমই )

হরেন—পুন্সি তোলোইনা পায়ু অতো। নপুক্কিং চংনা লাইরিক তম্মু।

নশা নাদনবা হোৎনগদবনি। চৎলো চৎলো থিল্লনু। নরেন্দ্রী থৈসন্দা চৎথিবা ফনা কুইরে নহাকম্ব খয়া থুনা চৎনবা তৌরো।

( বিজয় চৎকে তৌবা, অজয় থুনা চংলক্‌্না )

অজয়—দাদা! নহাক্কী ঘড়ী কাওরম্রে।

বিজয়—( হল্লকতুনা ঘড়ী লৌবা ) ইহে, ফিংমনখিহনা ঘড়ী কাওরমল-বোইরে।

দুর্গা— নঙগী তামোবু তুংদগী কৌরবোইরে।

কল্যাণী—ডাইহাক্‌ং লৈরগা চৎলু।

বিজয়—( ঘড়ী য়েংলগা ) মতম লৈত্রে—ঐ চৎলগে।

( থুনা থোকখি কল্যাণী অমসুং দুর্গা ইমুংদা চংখি )

হরেন—করি খল্লিবগে ডাক্তর?

সদাশীব—থোইদোকপা খন্দে। অহুবু হকচাংসি য়ামা চোকথরে পুক্রিং অমসুং হকচাং অনিমক চোকথরে।

হরেন—নুমিৎ খরদং পোথাও মরাইনা ফজখিগনি। মীগী অনাবা য়েংবা কোয়চৎ চৎপঙাক য়াবা নত্তে, নশাগী হকচাংগী ফীভম য়েংগদবনি। চহি অহল ওইরক্লবা মতমসিদা অসুক য়ামা বোম্রবদি কমদৌনা থাঙগনি।

সদাশীব—অরোইবা য়াহিপ্তা হেক পোথাদ্রিবা ফাওবা পোথাবা ফংবা মীতা নত্তে ঐথোয়দি মাষ্টর। অহু তৌরবা ফাও সম্মান ফংবা লৈতে শেলসু ফংদে। উরেদনা তারিনী মোড়লগী মচাবু লাইকয়বদা নুমিৎ কয়ানি অসি চাবা মচেৎ, তুম্বা মচেৎ হেক কৌরকপদা য়ৌবনা হাল্লিবনি। অহুম্না হোৎনবগী মহুত্তা করি

ফংই খঙলবরা মাষ্টর ? ইকাইবা নংবা অমদি মীনোক ! ঐ অসি কাংখথাং ডাক্তর, মাইব গুমচিং ! তুক্কী ডাক্তর !! ঙরাং য়াচংবদা সহরদগী ডাক্তর অচৌবা অমা কৌরুই, সনা পরেং অমা বন্ধান থমদুনা লুপা য়াম্মৈথৈ পীদুনা অনাবদু হায়ফেৎ য়েংলগা মনাতোন গুগৎতুনা "হৌজিক্কি কৈদৌনি, হীদাক পীরুদুনা করি কাম্নগনি অনাবদি লোইরে—হৌজিক্কী মতমদা কাংখথাং মাইব গুমচিং-তুক্কী ডাক্তরশিং অসিদা থাজরিবা অদোমনা ? অঙকপনি" অসিগুম্বা মায়থীবা ৱাঙাংসি খাঙনা খাঙনা অহিং মীৎশেং খাঙদুনা ফমদুনা অনাবা মনাক্তা লেল্লিবনি। করিগুম্বা কাম্নবা খরদংদম্ব তৌবা ঙমগদ্রা হায়না—অদুবু মদু থোকখিদ্রে—নিয়তি !

হরেন—ৱাদু খল্লুদুনা অমুক ৱাক্তরনু ডাক্তর। নহাক্কী নথৌ নঙনা পাং-থোকখ্রে—নঙগী ৱাখলদা নক্তাক লান্দে। মীনা ঙাংনবদো করিমত্তা অমাঙ-অতোং লৈতে।

সদাশীব—ঐবু করেম্নসনু ঐ শাউনিংদে অদুবু ঐনা নৈনজরিবা শাস্ত্রবু মহাক্না মায়থীবা পীরম্বা। মহাত্ম হানিমেম্না পুথোকপা পথাপপু মীনম্বা। ঐহাক কলেজদা তমলক্তে চুমই অদুবু ঐগী পুন্সিসিমগী হোৎনজবা সাধনাবু কাম্নদ্রবা নোক্নফম ওইরবা।

হরেন—শাউগৎকনু ডাক্তর। বিজ্ঞান পূম্নমক মীনম্বা অমত্তা নত্তে—সাধনা পূম্নমক অরেম্বা অমত্তা নত্তে। লাক্নমলিবা ডাক্তর বাবু অদু লাইরিক্তদি নঙোন্দগী য়াম্না হেল্লে হায়বা খঙলে, অদুবু হৌনবী লাইয়েং পরিংদদি মহাক য়াম্না হন্থরি হায়বদু মশানা প্রমাণ পীজরম্লে। নঙবু করেম্নদুনা অরাকমন ভিজিং ফী লুপা য়ামলেমথৈ লৌদুনা চৎখ্রে অদুবু মাগী তৌফম থোকপা

অঙাংচুগী মথবাই কন্নবা অরোইবা চাংয়েং অমত্তং হোৎনবচু মাগী মথৌ নৎত্রা ? নাপলনা মথোঙ লৈপাক তান্ত্রবা পাংথোক-দবা মথৌদি থঙনবা মহে মতম অচু কান্নব্রবনি থঙঙ্, ডাক্তর। ঐ চৎলগে থুনা ইকুজথোক্লগ থরদং চারগা পোথানবা তৌরো।

( হরেন চৎথি )

দয়ালী—( লোক থুবা ) নুমিৎ কয়ানি অসি লোক য়ান্না থুরে। ঙসি অহিংদি লোক থুমন্দুনা তুম্বা য়াখিদ্রে ডাক্তর বাবু। মহান হীদাক অচু লোইখিবা হাপ্পা অমা ফারে। অচুবু থবক চিনমন্দুনা লাকপা ঙমহৌদ্রে।

সদাশীব--করিন্নানো হায়রিবা অচুবো ? নুমিৎ তরামঙানিগী হীদাকনি নঙোম্বা পীখিবচু কররা লোইখ্রিবা ?

দয়ালী—তাকপিরিবা অচু চুমই ডাক্তর বাবু। অচুবু লোক থুমনগ্রচুনা নুমিৎ তরামঙানিগী হীদাকচু নুমিৎ মঙানিদা থকচিনগ্রবনি।

সদাশীব—মঙানিদা ঙমশিনগ্রবা ! মমৈদা ঐবুত্তদি য়াওনা ঙমথোক-পিগনুকে। (যামিণী মড়ল চংলকপা )

যামিনী—করি তৌরবগে ডাক্তর ? লৈবাক অসি কমদৌরিবগে ?

সদাশীব—অমুম মপাল্লি।

যামিনী—দয়ালীনা অসিদদি কৈদৌরমলি ?

দয়ালী—অজ্ঞা হীদাক অমতং লোগে লাকচরমলিবা।

যামিনী—ডাক্তর, নহাকী নচানিপা অহলচুদি কমদৌরি ?

সদাশীব—ঙসি অমুক কলিকতাদা চৎখ্রে।

যামিনী—চৎগ্রবা ? মতাসিদি ঐবু তাক্লমদনা করিগীনো ? হাথু হাথু চৎখিবচুদা কাউচুনা উনরমদবা য়াই। ডাক্তর ! নঙগী নচাশে

ফদৌরি। নিংথিনা ডাক্তর তমহল্লু। ঐবোবগী থুদং অসিদা পাস তোবা ডাক্তর অমা তঙাই ফদনা চঙবা তারবনি। সহরদগী লাকলবা ডাক্তরহুনা করি হায়রবা তারেদনা। নঙগী নচানিপা বিজয় অসে য়াম্না মথুক্কি ক্ববা অঙাংনি, মহাক্না তমথগে নীংলিবা পূন্নমক তমহল্লু। খর্চাগীদমক্তা নীংহন্নগনু ঐ লৈরি, শেলগী-দমক ব্বাক্কনু। ঐ চৎলগে, অসুম কোম্নথোরকপদা নঙগা উমনিংহুনা চংলকপনি। আ-সিবি-দয়াল! নহাক্কী পূরুক শোৌবী পাথবী ময়াগী লৌ পরী অছমহূ য়োনথ্রে হায়বা তারে নহাক্কী থোইদোকপা দশা তাই হায়বা তাদে। মীবা থাজহুনা তুংগী ইথন খন্দ্রবোইরে নঙদি। চৎলে ডাক্তর, নচানিপাহূ নিংথিনা তমহল্লু খর্চাগীদমক ব্বাক্কনু, ঐ লৈরি নংগীদমক। ( চৎখিবা )

দয়ালী—( লোকথূবা ) মসিবূ মরেপ নেম্বনা থা লাম্বা কোই। শেলগী মমি উহল্লগা ডাক্তর বাবুগী নচানিপাহূ মাগী মঙ্গাক ওইগদবগী লাং থাক্লিবনি যামিণী মোড়লবু ঐনা শিশিংনা খঙলিবনি ডাক্তর বাবু। থাউ অমত্তদগী তামিন্নবা মনাউ নিপানা অসিয়োনা ব্বানা মীগী থোংজিন্দা চাকানিহুনা চারকাও হন্না য়েংবিদবা যাম্বিনী মড়ল নৎত্রনে ?

সদাশীব—মসিবু মশাগী কান্নবতা য়েংবা হায়বহূনিদনা দয়াল—হৌজিক্কী কাল অসিদদি মশাগী কান্নবা নত্তনদি অতোপ্পগী য়েংব্রবনি। ( দয়ালগী হীদাক শেম্বা লোইরহুনা সে নংগী হীদাক লৌরো, অম্লুক্তা দাগ অমা হুমিদাংব্বাইরমদা দাগ অমা, সে হুমিৎ তরেৎনিগী হীদাকনি। হুন্দক্তি ঐবু চানবিহুনা হুমিৎ তরেৎনিগী অসি নোংমতদা লোইশিনবিগনুকো।

দয়ালী—হন্দক্কি তৌঙ্গররোই ডাক্তর বাবু! হন্দক্কি ডাক্তর বাবুনা তাকপিবদগী হয়ু হয়ুনা থকচরগনি।

সদাশীব—নংবু হয়ুনা থকউ হায়বা নত্তেনে দয়াল। ঐনা থারিবা দাগ অসিদগী হ হেনগমু বাংমু বাংকনু খঙলব্রা?

দয়ালী—খঙজরনি ডাক্তর বাবু। (পশুপতি চংলকই)

পশুপতি—কাকা বাবু!

সদাশীব—(শাউনিংনা) করি অমুক তৌরে পশুপতি? নংগী অথিনবদু অমুক হৌরবরা?

পশুপতি—হৌরে কাকা বাবু।

সদাশীব—হৌগনি হায়বা ঐ খঙই চিঙ্গাকপু ফংত্রবদি নচংপু চুমত্রবদি ধনন্তরী মাইবগী মবুধৌনমু ফহনবা ঙম্লোইদবনি। নং নশা নহা ওইরি হৌজিকসু মতম লৈরি নংগী অসিগুম্বা ফত্তবা লীচং অসি থাদোকউ।

(তাঙ্গা অসিদা কল্যাণীনা ঈশিং পুন অমা পুদুনা চংলকপা পশুপতিনা অপাম্বা মিৎয়েংনা য়েংই, সদাশীব হীদাক শেমদুনা লৈ)।

কল্যাণী—পাজিহন!

সদাশীব—করিনো?

কল্যাণী—ক্ষীরোদ্দু হোংদোকপিরো ইরুজনবা ঈশিং পুথোরক্লগে?

সদাশীব—হোয় হোয় পুথোরক্লো। (কল্যাণী ঈশিং লৌবা চংখি, পশুপতি মিৎফম হোংদনা য়েংদুনা লৈ)

সদাশীব—শে পশুপতি নংগী হীদাক শেম্বীরবনি (পশুপতি থংপেক থংই) পুং অহুম অহুম কান্নবা গুলী অমমম চাও।

পশুপতি—করি করি চাবা য়াবা ?

সদাশীব—মোরোক চাগনু, শঙোম থকউ, মপং ওইবা চাগনু।

( পশুপতি শাউরংননা লুপা ১ পীরম্লগা চংখিবা )

দয়াল—অমুক নহা ওইরিবা মহাক্কা নেশা পূম্নমক মহাক্কা চাদবা য়াওদ্রে—কনাগী য়ু, কানি, ঙাম্বক অশাংবী। ডাক্তর বাবু ? বাবুগী নচা অতোম্বা অজয়দো মাগা তিন্ন-লাক্লহনগনুকো। অদুদি ঐ চৎচরগে ডাক্তর বাবু চাক ঈশিং চাবা লোইরগা বাবুসু ঙাইহাক্কং পোথাবীয়ু। ঐগী হীদাক্কী মমলদি বাবুগী খাটাদা ঐগী মিংদা পানশিনবিয়ু।

সদাশীব ঐদি পাস বাল্দা ডাক্তর নত্তবনিনা দয়াল কনানা পৈশা থুৎশিল্লদুনা ঐঙোন্দগী হীদাক লৌবিগদগে ইশিনগে খাটাদা হীদাক শোৎখিবা মীগী মমিং ইমনখিবনা হয়েং ঐনা শিবা কালদদি শীং লৈদ্রবসু খাটাদুনা অদুম শীং ওইনবদা ওক্লগনি।

দয়াল—ওম্বোকপা বা ঙাক্তা তাকপিরে ডাক্তর বাবু। ঐ হৌজিক হীদাক্কো পুজররোই। হোরেন শেল পুরক্লগা কোম্না লৌজরগে। ইশা অসি কয়া থুংঙাইতদুনা ঙসি নিনি হুমনিনি থবক থানা গুবা চম্বোকপা ঙমদ্রে—ঙসিদি লৈরং মৈ হৌরোইদৌরিবনি অদুনন হীদাক্কী মমল য়াওরকত্রিবা।

সদাশীব—( ইকাইরদুনা ) দয়াল শাওরমু, ঙসি থরাই অসি কয়া থুংঙাই-তদুনা ওম্বোক ওম্বোকপা বাঙাক ঙাংথোকপ্রে। নহাক ভাব ফত্তবা থমুরমু। ঐগী অবস্থা নংগু থঙলেদনা, সে লুপা অসিমা পুম্বো কবোক লৈদুনা চারু।

দয়াল—করিমতা শাওদে ঐ ডাক্তর বাবু।

সদাশীব—নংনা পৈশা অসি পুখিত্রবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইহৌদবা তারে দয়াল। নংগী নয়াম্বনি ঐদি।

দয়াল—ঐদি ডাক্তর বাবুগী লমন তোল্লিবনি, বাবুগী তৌবিমল লমন শিংবা ঙম্লরোইবনি। ঈশ্বরনা বাবুগী নিংজিবা আশা থুংহনবা ওইসনু।

( চৎখিবা )

সদাশীব—ঐগী আশা মানি মানি ঐগী নুংঙাইরবা মঙ।

( কল্যাণী চংলকই )

কল্যাণী—পাজিহন! হৌজিক ফাওবা ফীরোল হোংদোকত্রি! পাজিহন করি মঙ মঙলিবগে?

সদাশীব—ঐগী বিজয়গী মঙ! শঙঙ, ইমা, অহিং নুংথিন্দা মঙলিবা ঐগী নুংঙাইরবা মঙ. ঐগী ইচা বিজয়না বিধান রায়গুম্নবা অফাওবা ডাক্তর অমা ওইরকপা দেশ অসিদা ইচাগী মিংচৎ মীপুম খুদিং-মকনা শোন্নরকপা অচুগী তুংদা য়াম্না চাউনা হরাউ কুম্মৈগা লোইননা নখোয় অনিবু লুহোংবিবা পৈশা লুপা, গাড়ী, য়ুম মিংচৎ ইকাই খুম্নবা অমত্তা ৱাওবা অচুগী তুংদা নখোয় অনিনা পোকপা নিংথিরবা ইগুনিপা অমা ঐগী মিত্তা উবা ( কল্যাণী ইকাইহুনা চেনখিব। ) ঐনা ইগুবু লেংবান্দা হাপতুনা কোইচৎ চৎকনি মতমহুদা ঐবু কনানশু তুক্কী ডাক্তর হায়না কৌনবা ঙম্মরোই। পুম্নমক্না ঐবু উবদা ডাক্তর বিজয়গী মপানি হায়না ব্যবহার তৌনগদবনি। ( কল্যাণী চৎথ্রে খংলক্লহুনা ) কল্যাণী! হো কল্যাণী! ( চংখিবা )

***Light Off***

## অহানবা অঙ্ক

# অনিশুবা উৎপা

মফম—মেস রুম ; মতম—নুংখিল।

"কলিকতাগী মেস রুম দবল সিটেড। ইচম চম্বা লৈতেং অশান্ত বোস ফমুংদা হীপলগা চুরুট থকপা। প্লবন রায় মচিন্দা চুরুট চিংদুনা ফিংনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি, মরক মরক্তা ঘড়ী য়েংই। বা ভাংবদা "নাতৈ চাদবা" হায়বা বাহৈ তোয়না শীজিন্নবা মুদ্রাদোশ লৈবা নিপানি।"

প্লাবন- বার্ডলেস ( কান্নদবা ) নাতৈ চাদবা, মতমগী মমল খঙদবা মীনা করিগী মতম কক্লিবনো। নাতৈ চাদবা, অশান্ত নংনা নিং-ভাইদনা তুমলিবা।

অশান্ত— তুমদে।

প্লাবন—নখোয়গী ডলি রায়না চৎখ্রিবসি কদায়দনো ? পুংদি মঙা তারে, নাতৈ চাদবা।

অশান্ত—লাকনি।

প্লাবন—লাকলেদনশে।

অশান্ত—নংনা অস্কু য়ায়া পাখৎলিবা করিগীনো ?

প্লাবন—What ? করিগী পাখৎলোই, নাতৈ চাদবা। ঐখোয়গী লৈবাক অসি মতমগী মমল খঙদবদগী মাংথরক্লিবনি। নোংচুপলোমগী মীনা .... .... .... ....

অশান্ত—তানিংদ্রে, তোক্লো নংগী মীরৈবাকী ব পল্লুদুনা কান্নদে ঐখোয়গী বা অহুদা খল্লু নখোয়গী অফিস পুং কয়াদা ছুটি ওই ?

প্লাবন—পৃঃ ৫ হেক তাবদা।

অশান্ত—অদুদি নংনা পৃঃ ৪ তাবদা মেসদা করম তৌনা হাজির ওই-ররিবা বন্ধু ?

প্লাবন—নাতৈ চাদবা, মীগী অশোইবা ময়াম য়েংবয়ক্তদৈ ঐখোয় জাতী অসি লৈখা ভারবনি। নাতৈ চাদবা।

অশান্ত—নংগী নাতৈ চাদবা হায়বসিমক্তা ভানিংদবদগী কা হোংবা তারমাল্লে।

প্লাবন—নাতৈ চাদবা ( খংনোক নোকপা ) Really ( অওইবনি ) ঐগী মুদ্রাদোশ ( চিন্তোক রাহৈ ) অসি থাদোকপা ভমদ্রে করিগুবা শাউগৎপা অমদি পুক্লিং লাংতক্লবদা চীন্দগী হেক্তা থোরকই "নাতৈ চাদবা" হায়ৰসি।

অশান্ত—নংগী ড্রামাগী অরোইবা সিন্দু লোইশিল্লব্রা ?

প্লাবন—লোইশিল্লবা হায়বদুনি অদুদা হিরোইনগী অরোইবা ফীরেপতু করি ওইহনসিগে খনফম থোকত্রদুনা খরা পল্লিবনি। সিবি মাগী মরুপ মঙাদু পুন্ন পুল্লপ খনবা ওইনা থম্নবদি মীনা নোক্লগনি থায়নগী মোৎনি হায়রক্লনি নাতৈ চাদবা।

অশান্ত—করিগী ?

প্লাবন—মহাভারতকী দ্রৌপদীগী ৱাদু খল্লুদনা !

অশান্ত—I see !

প্লাবন—মঙাগী মরক্তগী অমত্তংবু খনবা তারবদি খল্লিবতুগী থাইদগী ভোপ তোপ্পা মগুণ খরা চেনবা তাই। মাহুমু থায়নগী ওইবা তাই।

অশান্ত—মহুমু থায়নগী ?

প্লাবন—ময়ম্বর সুভাগী মাফমতু নিংশিংউদনা।

অশান্ত—I ee.

প্লাবন—Then what is the ultramodern solution? (অদুদি হৌজিক কালগী খমথেংবী ফীরেপ্নি?)

অশান্ত—নংগী হিরোইনদু মতোমতা হেক শিংহন্নবদি কয়দৌই?

প্লাবন—নাতে চাদবা, মদু খায়নগী ভাবনি।

অশান্ত—মসিমু থায়নগী অদুদি?

প্লাবন—তশেংবা থায়নগী ভাবনি। অদুগী মথক্তা মীরক মীচম্থিতনা মতোমতা শিজবনি। ঐগী হিরোইন্দী অদুগুম্বীদু নত্তে।

অশান্ত—নংগী হিরোইন্দু রোকেট তোংদুনা থাদকা চৎপি জাংলা?

প্লাবন—মাগী মরুপ মঙাদু রোকেট অমমম তোংদুনা মাবু ইম্নহন্নবদি?

অশান্ত—মঙাদুদগী অনি অমদি লমথাংদা Machine (কল) য়াদদুনা শুন্দ্রংদা লৈদুনা অমুম লৈরবদি।

প্লাবন—নংগী Idea অদু অনৌবা মওংনি। Absurd মদু ওইথোক্কবা মওংনি। ঐনা পাখিবা নাট্যশাস্ত্রদদি মদুগুম্বদু সমাজগী চম্নেৎনবা হায়বদুনি।

অশান্ত—অদুদি অমুম তৌরো। (প্লাবন চুরুট অমুক চমখৎলি)।

প্লাবন—করি?

অশান্ত—য়াম্না থুনা হিরোইন থিদুনা রিহার্শেল হৌনবা তৌরো। নং, ঐ, রূপকুমার ঐখোয় আদুম লৈরেদনা অতোপ্পা অনি অমা থুনা থিরগা রিহার্শেলদু চথরো। হিরোইনগা ঐখোয় পূম্নমক্না চপ্পনমকপা মওংদু য়েংলগা, চেম্নরক্পা ফীরেপতু য়েংশি।

প্লাবন—( থবাই য়াওনা ) হোইনহৈ মহু য়ায়া ফবা মওংনি, হৌজিক কালগী থমথেংবী হায়তুনি নাতৈ চাদবা।

অশান্ত—অমুকস্থ নাতৈ চাদবা ?

প্লাবন—ঐগী থংথোক ৰাহৈনি। ফরে রিহার্শেল হৌরসি।

অশান্ত—নাটককী মমিংদি ?

প্লাবন—মিংনাইদবী।

অশান্ত—করি ? মমিং থোন্দ্রিব ?

প্লাবন—ড্রামাগী মমিং "মিংনাইদবী" কৌই হায়বনি। নংসি ওম্বোক্লা পঙথ্রেদা। ( ঘড়ী য়েংলগা ) পুং ৫ হৈ তাথ্রফাওবা কনা অমত্তা লাক্লদ্রে। নংগী রূপকুমার অতুনা কনানো অমা পুরকনি হায়তু।

অশান্ত—মথোয়গী হোষ্টেলদা লৈমিন্নবা মরুপনি হায়। নিপা মচাতু মশক মতৌ ফজৈ Brillient student য়াম্না ফবা ছাত্রনি। মথোয়গী থুন্দস্থ লীলা ফনা য়াম্না কুম্লক্লে হায়।

প্লাবন—খোম্বোককাদি কমদোই ?

অশান্ত—ঐমক্তি তাদ্রি ফনা ফৈদি হায়।

প্লাবন—ঐনা মেৎতুনা শেন্নগা মরাইনা ফজগনি। অহু মরল মথুমদি কমদোই ?

অশান্ত—থাঙ্গৈশেংবদি থঙদে, ডাক্তর তম্বা লাক্লিবনি করিগী শেল লৈরোই।

ডলিরায়—( মপান্দগী ) May I come in ?

প্লাবন—Oh ! yes come in, চংবীরকউ চংবীরকউ।

"( ডলিরায় চংলকই, হৌজিক কালগী মওং গোগলস উপই,

ভ্যোনিটি বেগ পায় নমস্কার তৌনৈ )”

অশান্ত—য়ায়া থেংবীরক্লে, করি তৌরবগে ?

ডলি— ঙসাই অয়ুক্তগী রিহার্শেলদা চৎতুনা লাক্লবনি। সুংথিলদা সিটি থিয়েটারগী ফুল রিহার্শেল চৎপদা খরা থেংদোকখ্রে। রিহার্শেল হেক লোইবদা টি পার্টি অমা। কারনা থিনবিরকত্রবদি য়ায়া থেঙলমগনি। ( ফমথে, প্লাবনদা য়েংলগা ) অদোম্বু কদায়দনো অমা উথিবগুম তৌই, খরা খরা খঙবগুমম্বু তৌই নিংশিংবদি থোকখ্রে।

প্লাবন—ডেম ক্যার ক্লবতা।

ডলি— হোয়নে অদোম্বা সর্পোর্টিং রোল অমা কুবহু নৎত্রা ? ঙসি ঙরাংদি ক্লবতুদা লাকপা উদ্রে করি তৌরবগে ?

প্লাবন—ক্লবতুদগী তোকতুনা ঐখোয়গী ক্লব অমা লিংখৎলে, অদুননি ইবেম্মগী নতেং নিজরিবা।

ডলি – শোয়দনা পাংজগনি।

অশান্ত—অসোম্বা ঐখোয়গী নাটক লেংবা ডিরেক্তরনি।

ডলিরায়—অদুরা, very g od !

প্লাবন—নাতৈ চাদবা !

ডলিরায়—করি হায়বা ?

অশান্ত—শাউবীনু মহু মাগী চীনপক বাহৈনি।

ডলিরায়—( নোকতুনা ) অদুরা ? ঐদি তাবদা ঙকলুরে।

প্লাবন—ইবেম্মনা নোকপা ওহোক্লা ফজখ্রে, I mean অঙকপা ফংখ্রে। অদোম্বা য়ারগনি।

ডলিরায়—করি হায়বা ?

প্লাবন—ঐগী ড্রামাগী হিরোইন ?

ডলিরায়—অওইবরা ?

প্লাবন—অওইবনি। ঐগী পুক্লিংনা হায়রি, ইবেম্মনা ঙমগনি, ঐনা নিংলিবা নায়িকাগী মগুণতু হাপ্পা ইবেম্মনা ঙমগনি। অদুবুদি চাংয়েং লোইরগা পেন্দ্রবদি ঐখোয়না ফাইনেল সেলেক্সন তৌরোই।

ডলিরায়—অদুবুদি অচুম্বনি।

( মপান্দগী রূপকুমার )

রূপকুমার—অশান্ত ! অশান্ত !

অশান্ত—চিংনবা নৈতনা চংলকপা য়াগনি। ( রূপকুমার, বিজয় অমস্তুং নরেন চংলকপা ) কৈদৌরে অস্থক থেংলক্লবদি ?

রূপকুমার--বিজয় ঙাইবদা থেংলক্লবনি। বিজয়গী মরুপসি উন্নবদা মমৈদা অনিমক লোয়ননা লাক্লবনি। শক, মিং হায়দুনা অমুক্তা খঙনখিশি।

প্লাবন—ঐহাক চাউথংখোংথাংগী ড্রামাগী ইবা অমস্তুং পরিচালক ওইরিবা প্লাবন রায় চৌধুরী হায়বদুনি।

অশান্ত—ঐনা মাগী রুম মেট অশান্ত বোস।

ডলিরায়—ঐগী ইমিং মিস ডলিরায়, কালগী থমথেংবী এক্ট্রেস অমনি।

বিজয়—( ইকাই ইকাইনা ) ঐনা বিজয়কুমার দাস, ডাক্তর তমজরি।

নরেন—ঐগী ইমিং নরেন্দ্রনাথ বন্দোপধ্যায়, বি এ ফাইনেল তমজরি।

প্লাবন—থায়নগী অরিবা মিংগৌনি, নাতৈ চাদবা।

নরেন—করি হায়বা ? ( ডলিরায় নোকপা )

অশান্ত—শাউবীরুন্নু, ৰাহৈসি মাগী থাদোকপা ঙমদ্রবা চীনপক ৰাহৈনি।

ডলিরায়—চা-কাসিবু থক্লদবা জাংলা ?

প্লাবন—**Really, I am sorry** ! ও মিণ্টু মিণ্টু !

মিণ্টু—( মনুংদগী ) করি তাকপিগদবা ?

প্লাবন—চা কপ মঙা পুরকউ, কুইক।

মিণ্টু—অতৈ করি ?

প্লাবন চাদমক ! নাতৈ চাদবা।

ডলিরায়—ময়াম লেপতুনা লৈরিবসি ফগ্নীয়ু। ( ময়াম ফমই ) রিহার্শেল হৌনবা তৌরসি।

প্লাবন—ঙাকপিয়ু, ঐখোয়গী মেসগী মেনেজরনা মফমসিদা রিহার্শেল তৌবা য়াগোই হায়না নোটিশ তৌরে।

রূপকুমার—অদুদি কমদৌনি ?

প্লাবন—মফম অমা য়েংবা তারে অফবা থবক তৌবা হায়বসিমক্তবু থরা বেরা মথাংই। থুরৌ অদু থদংলগা লোইরে।

অশান্ত—মিস রায় অদোম্না থংবা রিহার্শেল রুম ওইবা য়াবা মফম অফবা লৈব্রা ?

ডলিরায়—করিগী লৈরোইদদগে, ভারাদি থরা চংগনি।

অশান্ত—ভান্না পীগনি। মফমদুবু কদায়দনো ?

ডলিরায়—লৈপাক মচা তাবা ক্লব ওইরবদি ঐগী ড্রোইং রুমদু রিহার্শেল গীদমক শীজিন্নবা য়াগনি।

প্লাবন—ভেরী গুড, ঔর ক্যা ?

রূপকুমার—করিনো বিজয়, নখোয় মরুপ অনিবু তুমিন তুমিন লৈবসিবু মারী মাতাই শাদুনা খরগ্গ মনোকউ। খঙলত্রা অশান্ত, ঐগী মরুপ অসে মমুম হেক থাদোকপদগী তুমিন তুমিন ক্ষমদুনতা লৈ। হোষ্টেল টু কলেজ, কলেজ টু হোষ্টেল।

ডলিরায়—( নোকতুনা ) গুড বই। ( বিজয় ইকাইজৈ )

প্লাবন—ইচেল লৈতবা পুন্সি হায়বদুনি।

রূপকুমার—মরক মরক্তা খুঙ্গংগী নুপীমচা অমদা চিঠি ইদুনা পী করি ইখিবনো মদুদি উহন্দে, কায়দা য়েংবদি ভাবনা দলাল শাবগুম্বা কায়দানি। ( বিজয় অমুক্তা হেন্না ইকাই )

অশান্ত—নহাক্কী বন্ধুসিদি হৌদোং লখোইবা ওইরে।

প্লাবন—মাবুল পায়দুনা সখীনা পুত্রীগী সিড়ীদা ঈশিং শোকপা কুমলকপদু রাখাল সখানা হৈনৌ বন্দগী তুমিন্না কিরুপ কিরুপ য়েংলি, ভাবকী দলাল লোইরে, ওর ক্যা ?

ডলিরায়—অদোমগী সখীগী মমিং করি কৌবগে মিঃ দাস ? করিনো নুপীমচাদগী হেন্না ইকাইথিরিসিবো ? করিগী ইকাইগদগে। হায়রো হায়বা প্লিজ !

বিজয়—কল্যাণী !

ডলিরায়—মিংদাদি ওস্থোক্লা নিংথিজৈ তাবদা পুক্লিং নৌই।

প্লাবন—থায়নগী মিংদানি।

নরেন—থেঙগ্রে নুমিৎ তাগ্রে। পুং ৭ তা হোষ্টেলদা হস্তিন্দ্রবদি মেনেজরদা কৈকৎ পীবা তাই। নংদি চৎখিরোইদ্রা বীজয়।

বিজয়—ভাইহাক ফমখিশিবা।

রূপকুমার—ফমথোবা বন্ধু। অদুগ চাওরবা মহাক্না সুপারিন্টেন্ডেন্ট কিরিবা করিগীনো?

নরেন—কিবগী নত্তে, ডিসিপ্লিন থবগী বানি।

( মিন্টুনা চা পুরকপা। )

প্লাবন—চা-সিদদি থকখিসিদনা ( মগাম চা থকপ। ) অদোম্না ঐখোয়গী রুবতা য়াওরেদনা?

নরেন—ঙাকপিয়ু। মহু ঐ ঙমজরোই।

প্লাবন-মরমদি ?

নরেন—অহানবা মরমদি ঐ লাইরিক তম্লি। রিহার্শেল চৎপগী মতম ফংলোই। অনিশুবনা অদোমগী ড্রামাসিগী প্লোট ফত্তে হায়না রূপকুমারনা হায়। প্লোটতু কারন তুরনগী জাৎনি হায়।

প্লাবন—( শাউদুনা ) What! উশিংত্রিবা করিগীনো?

নরেন—ঙাবিয়ু প্লাবন বাবু, হৌজিক কালদা ভাবকনা হায় ড্রামা লাইরিক হায়বসি স্কুলগী কলেজগী টেক্স বুক নত্তে, ঙাইহাকী পুক্নিং পোথাকমগীদমক্নি হায়। ফরে মহু ঐস্মু য়ারগে। ড্রামাদুদগী থোইদোকপা পাউতাক লোবা য়াবা য়াওদ্রবস্মু ক্লায়দে অদুবু নুংঙাইনবনি নোক্নবনি হায়দুনা হেক্তিল্লা ফত্তবা মওং উৎপদু ফত্তে হায়বা বানি। ঐ চৎচরগে গুড নাইট, নং চৎখিরোইদ্রা বিজয়।

বিজয়—ঐ ঙাইহাক্কং লৈহৌখিগে, নং চৎলম্মো।

নরেন—ফরে অদুদি কোম্না উনরসি। ( চৎখিবা )

প্লাবন—খুনুংগী মী।

অশান্ত—য়াওহনগনুদা মসিগুম্বা চাউখৎত্রিবা মীরক তিন্দ্রিবা কাংবুসে।

প্লাবন—অদুদি মিস রায় অফবা থবক্তি থুনা পাংথোকপদনা অফবনি। ঐখোয়গী রিহার্শেলসি হয়েংদগী হৌনবা তৌরসি হায়ববু।

( ডলিরায় ভ্যানিটি বেগতগী দায়রী লৌথোকতুনা পারগা )

ডলিরায়—হয়েংদি য়াদ্রে। ইরিবসিনি হয়েংদি মোতিমহল ক্লবকী ফুল রিহার্শেল তৌগনি হায়। হংচিত্তি থোইদোকপা নৈতে।

প্লাবন—ফরে অদুদি হংচিত্তগী হৌনবা তৌরসি। বাই ডি বাই ইবেম্মনু জগোই হৈবরা ?

ডলিরায়—খরা খরা ঙমই।

প্লাবন—টুইষ্টদি ?

ডলিরায়—কাবক কাবক হৈ।

প্লাবন—বোল ডান্সদি ?

ডলিরায়—চৎনবা য়াগনি।

প্লাবন—Very good ঔর ক্যা ?

ডলিরায়—ঙসিদি চৎচরগে। পৈশাগী বাদি হংচিৎ লোইনবা হায়দুনা তারেদনা, করি হায়গে ?

প্লাবন—মহুনা ফরনি।

ডলিরায়—বা অমা। বাবুখোয়গী বোই অসি য়াম্না হৈ-শিংগ্রে, চালাক নৈখ্রে। বা অমতং হায়দগে হায়ববু।

অশান্ত—তাকপিয়ু কৈদোবগে ?

ডলিরায়—ঐগী বই অদু চেনখ্রে, অদুনা ওন্থোক্লা থুদোং চাদ্রে নুমিৎ থরদং মিণ্টুবু ঐঙোন্দা পীরবদি ফগ্রনিদা অদোমগী থোইনা কায়দ্রবদি।

অশান্ত—মেনেজর বাবুদা অমুক্তা হায়জখিগে, হোটেলগী বোই অনি অমসু লৈবনিনা শোয়দনা য়াগনি নিংই।

ডলিরায়—ধন্যবাদ! বিজয় বাবু কদোম চৎকনি?

বিজয়—কলেজ ষ্ট্রিটতা।

ডলিরায়—অদুদি লমেল তিম্নরে, চৎমিন্নরসি, টেক্সিদা চৎকদ্রা?

অশান্ত—বিজয় বাবু ডসি মখৈ বাবুসু ঐখোয়গী ক্লবসিগী মেম্বর অমা ওইরবনি। হংচিৎ শোয়দনা লাকপিগদবনি হংচিৎ ফাইনেল কাষ্টিং তৌগনি।

বিজয়—খঙ্গখিগে।

রূপকুমার—অমুক থনখিগে হায়রসিবু। ওইরবনি ফয়ে ডসিদি ঐসু চৎলগে, চৎলসি।

ডলিরায়—নমস্তে!

( মিস রায়, বিজয় রূপকুমার চৎখিবা )

প্লাবন—ওর ক্যা ( চৎনা চৎনা ) ঐসু ডাইহাক্তং কোয়রুখিগে অশান্ত।

অশান্ত—মায়কৈ কদোমদা?

প্লাবন—মায়কৈবো, কলেজ ষ্ট্রিট।

অশান্ত—ও কলেজ ষ্ট্রিট। খঙলে, খঙলে নংগী নাটককী অরোইবসি করি ওইগদগে খিবা চৎলিবনি।

প্লাবন—মাদুমক্তি। ওর ক্যা?

অশান্ত—মহুদা চৎলুবগী দরকার লৈতে। নবুদ্ধি লৈরবদি মসিদা অসুম ফমদুনা নংগী নাটক অদু লোইশিল্লে।

প্লাবন—মদুসু কৈ ( চুরুট থকতুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি ) ইউরেকা! ইউরেকা! ফংলে ফংলে।

অশান্ত—( থরাই য়াওনা ফংলবা, করি ফংলবা ?

প্লাবন—ইরিবা নাটক অসি মতাং অসিদা হেক্তা লোইশিনবা।

অশান্ত—হায়বদি ?

প্লাবন—থঙদ্রিবোইরে। নাটককী মতাং নায়িকাগী অরোইবা ফীভম করি ওইগদগে হায়বহু থঙদ্রে, বাথন্না লাম্বা ফংদ্রে। য়াইটরনা মফম মরাং থঙদবগুম ভাবকসু মফম মরাং থঙদ্রসনু হায়বনি।

অশান্ত—হায়বদি ?

প্লাবন—হায়বদি মসি হৌজিক কালগী নাটককী মওংনি। নাটককী অরোইবসি করিনো হায়বসি ভাবকসু থলহন্দুনা নৈনহনসি হায়বনি।

অশান্ত—বেশ বেশ।

*Light Off*

## অহানবা অঙ্ক

## অহুমশুবা সিন

মতম—নুংথিল।

"( ডলিরায়গী ড্রোইং রুম, থোইনা ফজত্রবস্ নু তরু তহেন্না শেমই। বিজয় অমসুং ডলি নক্না ফম্মিন্নদুনা থবাই য়াওনা নোক্নি )"

বিজয়—অদোমদি য়াম্না নুংঙাইরবা প্রমাণ পাইহ্রি হায়বা হৈহ্রে। থাইজ শেংবমক য়াম্না নুংঙাইহ্রে। রিয়েল্লী ভেরী এম্যুজিং, ভেরী চার্মিং, য়াম্না ফজহ্রে।

ডলিরায়—ফজরিববু করিনো? ঐগী রাঙাংবুরা নৎত্রগা ঐবুরাও?

বিজয়—অনিময়নি।

ডলিরায়—গুড বোইগী অঙাং মরম ওকপগী ইক:ইবা থোক্লবোইরে।

বিজয়—গুড বোইগী ইকাইবা ময়া পংবা থাংনা ককপা ঙম্বা নত্তে, মিস ডলিগুম্বী থোৎত্রবা থাংতনা ঙমই।

ডলিরায়—অসুক কুইবা অসি হৌদোং মচা নোং নংবদোনা কৈরম্বা শুক তরেৎনা শুজিনবদোনা বা অমত্তা ঙাংলমদবদুনা ঙসিদি ইস্পাত থোংবা থাংদু মঙাইরে বা ঙাংবদা অবাই অথুম্না হৈরকলিবা করিনো অদোম্না য়েংলিবদুবো?

বিজয়—মিস ডলিরায়বুনি।

ডলিরা—কল্যাণীনা শাউরোইদ্রাও?

বিজয়—শাউজসনু। অদুগীসু মথক্তা মহাক্না করম্না খঙগনি?

ডলিরায়—কনাগুম্বনা মঙোন্দা খঙহন্নবদি?

বিজয়—অমাঙবা লৈতে।

ডলিরায়—অতোংবসু লৈতে।

বিজয়—লৈ নিংবদগী হেনবা অতোংবা।

ডলিরায়—অদুরা ? করি অতোংবনো তাসিদন ?

বিজয়—নিংবা থুংহনবগী আশা পীরবদি হায়গে।

ডলিরায়—তোক্লো আশা পীবগী কান্নবা লৈতে।

বিজয়—করিগী কিরিবনো ?

ডলিরায়—করিগী কিরোট ? ( নোকতুনা ) বা অমত্তা হংজগে অচুম্ব: পাউখুম পীবিগদ্রা ?

বিজয়—তাকপিয়ু।

ডলিরায়—নুমিৎ নিনি থংব থংননা অদোমগী ক্লবকী রিহার্শেল চৎথরে, হংচিং অমুকসু চৎকদৌরি। ঙসি খঙহৌদনা মসিদা লাকপিরিবা অসি করি খনবিদুনা ?

বিজয়—অদোমবু শাওবিরবরা ?

ডলিরায়—শাউজদে। মরমতবু খঙজনিংই হায়বনি।

বিজয়—মরমদুবুদি খঙহজনিংই, হায়দোকপগী থৌনা খরদং পীবিরবদি।

ডলিরায়—মসিদা লাকপগী থৌনা লৈবিরবনিনা বাদু হায়দোকপগী থৌনাসু লৈবিরো।

বিজয়—মিস রায় !—ঐহাক—I mean—ঐনা ইবেম্মবু ( ডলি নোকই )

ডলিরায়—তোকপিরো, হায়দ্রবসু খঙজরে। অদোমনা ঐঙোন্দা খুদোলপোৎ খরা পীনিংই নৎত্রা ? হায় মিন্টু ! চা কপ অনিদং। .... .... .... চা কপ অনিদং শেম্বদা মতম কয়া লৌগদগে ?

মিন্টু—( মমুংদগী ) পুজরক্লে ইচে ইবেম্মা।

ডালরায়—ফরে ঐঙোন্দা খুদোলপোৎ খরদং পীবিগদৌবা অতুদা করিগী নিংজিং-মাংজিংনবীরিবনো ?

বিজয়—নত্তে, নত্তে, ঐনা মতুমক হায়জবদি নত্তে।

( ডলিদা য়েংলগা মমায় লুকথবা মরক অসিদা মিন্টুনা চা পুরকই )।

ডলিরায়—মিন্টু শোমদা লাউ। নঙোন্দা ঐনা ঐবু ইচেবেম্মা হায়গনু ইচেতমক হায়য়ু হায়বত্নদি।

মিন্টু— খঙজরনি। ( চংখি )

ডলিরায়—চা ফানবীয়ু। ( অনিমক চা থকই, বিজয়না হৈফাত্তনা চুরুট থকপা ) এঃ অদোম চুরুট থকপা কয়া কুইবীরবগে ?

বিজয়—মরক মরক্তা অতুক থকপনি কয়াদি হৈনদ্রি।

ডলিরায়—থকপা তম্নবদি, মমৈদদি থাদোকপা ঙম্মোইকে।।

বিজয়—মিস রায় !

ডলিরায়—করি ওইরবনো ?

বিজয়--ঐগী বা লোইহনখিদ্রে।

ডলিরায়—করি বানো ?

বিজয়—পুক্লিংগী বা।

ডলিরায়—অদোমগী পুক্লিংগী বাদো, পুকনুংদা অতুম লৈরসনু। ঐঙোন্দা তাহল্লগা অদোমগী করি কান্নগদবা ?

বিজয়—মিস রায় !

ডলিরায়—করিনো ? অদোম্না অসুক তকশিল্লকইবসিবো ? করিগীনো ?

বিজয়—অদোম্না খঙনা খঙনা খঙশিন্নদ্রিবা অসিনা করিগীনো ?

ডলিরায়—ঐসে লীলা য়াওবী অমনি।

বিজয়—অদু ওইরবসু মী অমনি, ইবেম্মগী থম্মোইদা নুপী ওইবগী অথোৎপা থম্মোই লৈ।

ডলিরায়—মীনদি অদুম খল্দে।

বিজয়—অদুবু ঐদি অদুম খল্লি। মিস রায় ! ঐনা হায়জরি—ঐঙোন্দা আশা উৎপিরগা নিংবা কায়হনবিগনু ঐগী প্রেম .... .... ....।

ডলিরায়—অদুবু কল্যাণীনা .... .... ....।

বিজয়—মিস রায় ! চানবীদুনা .... .... ....।

ডলিরায়—ফরে, অদোমবু ঐগী মরুপনি হায়না লৌজরগে অদুবু মদুগী মমাংদা মরুপনি হায়বগী প্রমাণ পীবিবা তারে।

বিজয়—করি প্রমাণ পাম্বীবগে তাকপিয়ু।

ডলিরায়—তাকপিয়ু নত্তে তাকউ।

বিজয়—মিস রায় !

ডলিরায়—মিস রায় নত্তে, ডলি ! হায়য়ো।

বিজয়—ডলি ! ( হয়াওনা ) হায়য়ু করি প্রমাণ পামই ?

ডলিরায়—ঙসি তোক্লসি কোন্না হায়গে।

বিজয়—কোন্না নত্তে, ঙসিমক—হৌজিকমক প্লিজ।

ডলিরায়—ঐগী বা তারগা কিরোইকো ?

বিজয়—কিরোই।

ডলিরায়—ঐবু লান্না খল্লোইকো ?

বিজয়—নো নো নেভর।

ডলিরায়—ঐনা লুপা খরদং পামই হায়রবদি ···· ···· ···· ।

বিজয়—( হঙ্গাননা ) লুপা ···· ···· ···· কয়া ?

ডলিরায়—লুপা চামা খক্কনিদা ।

বিজয়—লুপা চামা ··· ···· ···· ? ( মমায় মকশিল্লি )

ডলিরায়—করিনো কিরবরনে ? কিক্কগু অমুক থুনা শিংগনিদা ।

বিজয়—ফরে হংচিং পীগে ।

ডলিরায়—নং শাউরবরা ?

বিজয়—শাউদে. করিগী শাউগনি ।

ডলিরায়—শাউরোই হায়বা ঐ খঙই । অদুনা নঙোন্দা হায়রিরনি । ঐঙোন্দা লুপা পীবিনবা য়াম্না লৈ, অদুব মখোয়দা হায়তুনা ঐগী ইজ্জৎ মাঙহল্লিংদে । ইবানি খঙনবা থা অনিদা ঙাইরবস্থ নহাক অসি ঐগী মতম কুইনগী মরুপ য়াম্না নক্কবা মরুপনি খল্লি ।

বিজয়—নংনা হায়রিবত্থু অচুম্বরা ডলি ? ঐঙোন্দা ফাগি তৌরিবরা ?

ডলিরায়—হৌজিক ফাওবা নংনা ঐবু থাজবা ঙমদ্রি ।

বিজয়—( য়াননা হরাওনা ) ডলি ! ( মখুং পায়গে তৌই, ডলিনা উশিন্নদবা শাওনা হৌগৎতুনা মিন্টু কৌই ) ।

ডলিরায়—হো মিন্টু ! কপকাসি লৌশিল্লো লাও । ( বিজয়দা ) চা অমুক থকখিগদ্রা ?

বিজয়—ওক্লে, থক্করোই । ( প্লাবন থুনা চংলকই )

প্লাবন—হেল্লো ! মিস রায় ! গুদ ইভিল্লিং ।

ডলিরায়—হয়ে, প্লাবন বাবু ! করি থবক্কী ওইরবনে' ঙসিদি বাবুখোয়গী রিহার্শেল লুমিত্তি নত্তেনা ।

প্লাবন—ঐ খঙই, ঐহাক কলেজ ষ্ট্রিটতা পব্লিসার অমা উনবা চৎলুই, চল্লকপদা ট্রাম লেপকম ময়াদা নিংথিরবী নুপী অমনা, শাবেকো লোয়ননা ট্রাম ডাইবগী শুম্মৎপা মওংদু উবদা ঐগী নাটকী হিরোইনগী মতাংদু নিংশিংলক্লে ওঁর ক্যা ?

ডলিরায়—ফগীবু, ফগীবু বাবু ওঁর ক্যা বাবু ?

প্লাবন—করি হায়বা ! ও আই সি ( বিজয়বু উবদা নোকপা তোকতুনা মমায় ডাংনা শাউদুনা ) মাই গোদ্ নহাক অসিদা বিজয় দৎ তেরি। মেমাদা হৎবদদি নরেন উনবা চৎখি হায়রকই।

বিজয়—লৈবীদা মিস রায় উনদুনা।

প্লাবন—অচুমরা মিস রায় ?

ডলিরায়—মদুনি হায়বা তাই।

প্লাবন—আই সি, দৎ তেরি। অদোম্না কাহেনবা বাডাংকাদি তৌদেকো।

ডলিরায়—হায়বিরিবা অদু করিনো প্লাবন বাবু তল্লেদা।

প্লাবন—তনগনু ! নাটক ইবা অমদি ডিরেক্টর অমা ওইনা হীরম খুদিংমক্তা কুপ্না য়েংশিনবা তাবনি।

বিজয়—ট্রাম লেপকম মিংয়েংদু ওঙ্খোক্না থোক্লে, নিংথিখ্রে।

প্লাবন—হৌদোংনা অঙুম কোয়থোক্লকপদা শঙোম উরদুনা লমদম্লিবা হায়বত্তুনি।

ডলিরায়—থানরিবা খোল অদু শোয়দনা খৎনরক্লগনি তোকপিরো, প্লিজ।

প্লাবন—ইউ নোটি বই, ঐখোয় ক্লবকী নিয়ম নহাক খঙগদবনি। রিহার্সেল নত্তবা মতম অতৈদা এক্ট্রেসকা বা ডাংনবা য়াদে হায়বসি।

নিয়ম অসি নহাক্কা ঙাক্কদবনি, দং তেরি।

বিজয়—নিয়ম অদু কনানা শেম্বনো ?

প্লাবন—ঐনি ?

বিজয়—অদুগী নিয়ম অদু অশেম্বা মী অদুমক্কা নিয়মগু থুগাইরিবা কব্রিগীনো হায়রবা খঙবা য়াগদরা ?

প্লাবন—ইউ শট অপ ! ( শাওই )

ডলিরায়—ফাগি ফাগিদগী অনিমক হেক্তিন্নরে, তুমিন লৈবীরো, লম্বী চংপা মী ময়াম পৈরে।

প্লাবন—দং তেরি, নাতৈ চাদবা। ( নরেন লাকই )

নরেন—( মপান্দগী ) চংজরকপা য়াগদ্রা ?

ডলিরায়—কনা ওইরবনো ?

নরেন—ঐ নরেননি বিজয়গী মরুপনি।

ডলিরায়—চংবিরকউ।

নরেন—( চংলকতুনা ) নমস্তে !

ডলিরায়—নমস্তে! ময়াম ৱারী শাবিয়ু। ঐ থুনা থোকচরক্কে। ( চংখি )

প্লাবন—নাতৈ চাদবা। অদোমসু মফম অসিদা ? করিনো অদোমবু নহান্দী য়াম্না পোঙনা ৱাজাও ঙাংলদুনা চংখিবদাট। ঙসি অমুক মিস রায়গী য়ুমদা থোঙদাবিরকপগী মরম করিগীনে ? পাউত্তাক নিংথিবা তাকপিগে তৌবরা ?

নরেন—তুমিন লৈয়ু।

প্লাবন—What ! দং তেরি নাতৈ চাদবা।

নরেন—বিজয় মপান্দা অমুক্তা থোকসি। নঙোন্দা ৱা অরুবা অমা হায়গদবা লৈ।

বিজয়—করি বানো ?

নরেন—মপান্দা থোরকউ হায়বা ?

বিজয়—হায়গদবু অসিদা অসুম্মক হায়যু হায়বা।

নরেন—বাক্ষমলে থরা লোয়া হায়নিংই।

বিজয়—অদুদি বাবু কোয়া হায়রো, ঐ হৌজিক মপাল থোকপা ঙমরোই।

নরেন—বিজয় ঐনা হায়জরি, মিনিট অনিদং মপান্দা থোকপি, য়ায়া অথুবা পাউনি।

বিজয়—নংনা অরেমদা ঐঙোন্দা তক্লি নরেন! অথুবা বাক্ষম ওইরবদি অসিদা হেক্তা হায়রো ঐ মপান থোকপা ঙম্মোই।

নরেন—( শাওনা ) বিজয়!

বিজয়—নমিৎকা ঙাংখংতুনা করিসু কায়রোই নরেন।

নরেন—নহাক হোষ্টেল থাদোকতুনা মেসদা ?

বিজয়—চুমই।

নরেন—করি মরমগীনো, ঐ খঙবা য়াগদ্র' ?

বিজয়—য়ারোই।

নরেন—বিজয় ?

প্লাবন—মরমদু ঐ হায়দোক্লগে, ঙসি ঙরাংসি বিজয়না হোষ্টেলদা হজিনবা মতম নুমিদাং অথেংবদা থোক্নে, হোষ্টেলগী সুপারিন্টেন্দেণ্টনা বার্নিং পীরে।

নরেন—ঐসু মদু খল্লমই।

বিজয়—হোয় চুমলেনে, হৌজিক্তি চৎপা য়াররি।

রেন—নং করি তৌরবগে বিজয় ? ঐভোন্দা অহুম্না হায়রিবা করিগীনো ? ঐগী বা তাও বিজয়, হৌজিকসু মতম লৈরি, লাইরিক তবা তোকতুনা ঙাওশিন্নবা থাদোক্লো। নংবু পোকপগী বা থম্লু।

জয়—উইল ইউ স্টোপ !

রেন—বিজয় !

বজয়—ঐ খঙই নরেন, নংনা শাওগৎলিবতুগী মরম ঐ খঙই।

রেন—করি খঙ্গইবা ?

বজয়—জিলাসি। কল্লকপা ! মিস রায় হায়বদি ভুল্লিনা ঐবু লুনা তৌবসিদা নংনা কল্লকই। ময়াম্না ঐবু থিংনবা হোৎনরি।

রেন—( খংপেক খংনা ) করি হায়বা বিজয়, কল্লকপনি হায়বা।

বিজয়—মাল্লি কল্লকপদগীনি।

নরেন—ইউ ফুল তুমিন লৈয়ু। ( লাওনবা তাবদা ডলি চেনশিল্লকপা ) অঙাওবাদোনা লাউগনু। কদায়দগী মীচোপনো অসিবো ? ( থোকখিবা )

ডলিরায়—করি তৌনগ্রবগে ?

প্লাবন—করিবু ওইগদগে ? কাওগা ষণগা বাইনবা হায়রম্লুনি। (ন্নোকই) নাতৈ চাদবা।

*Light Off*

## অনিশুবা অঙ্ক

# অহানবা উৎপা

মফম—সদাশীবগী যুম ; মতম—য়াচংবা।

"( কল্যাণীনা তুলসীবুংদা ধূপ থাউমৈ কৎলি, অজয় লীলাগী শাথেক্তা চংলকই )"

অজয়—সন্ধ্যাগী লাই খুরুম্বা লোইরবরা দেবী ! লৈ নুংঙাইবা পাও। কোম্নুংদগী চিঠি অমা থারক্লি নংগী নামাদা, ফংগনি চিঠি অহ নংনা ঐঙোন্দা মনা পীরবদি, নৎত্রবদি থাদখিগনি গঙ্গাগী গর্ভদা হায়রু নংগী অনিংবহ্ন।

কল্যাণী—( লাংতক্লনা ) তাচৌ বিজয়গী চিঠি লাকপ্রা কদাই য়েংগে কদাই।

অজয়—ছম হান্না মনা পীখো অদুগা কোম্না ফংগদবনি।

কল্যাণী—সনাঙম্বা ইবুংঙো ঐবু ওৎলনু, চিঠিহ্নি থুনা পীরো।

অজয়—বাদনা নুংঙাইবা ফংব্রা তাইবংসিদা।

কল্যাণী—ঙাওশন্নরনু অজয়, কদায় চিঠিহ্নি পীরো হায়বা।

অজয়—চিঠি ফংনিংলবদি ঐনা নিংলিবসি থুংহনবা তাই।

কল্যাণী—করিনো নংনা নিংলিববো ?

অজয়—খোঞ্জেল ফবী কল্যাণীনা কোকিলবু ঙমজবা ঈশৈ অমত্তং।

কল্যাণী—ঈশৈ ? য়াচংবা কালসিদা ? কনানা তাগদৌরিবা ?

অজয়—কুমার বাহাদুর শ্রীযুক্ত অজয় কুমার দাসনা।

কল্যাণী—ওমাং লীলাগী পজেং ফংলবা মহাবলী ঠাকুর পাবন কুমারনা।

অজয়—করি হায়রবা ? মহাবলী ঠাকুর ?

কল্যাণী—চিঠি পুরক্লগা চোংবনে ফনবগে পংলাওদা লাউবত্থদদি হেক নিংশিংলক্লহুনা।

অজয়—খবরদার ঐগী একুটিং নোক্লরবদি নংবুসু ওইরকদৌরিবী ইতৈমা হায়গনি।

কল্যাণী—মহু হায়নু হায়রগা।

অজয়—হায়গনি ওইরকদৌরিবী ইতৈমা. ইতৈমা! ইতৈমা!

কল্যাণী—অহুমা অমুক্তা হায়রবদি নংগা বা ভাংনররোই।

অজয়—ঐসু চিঠিসি শেগাইগ্রনি।

কল্যাণী—নত্তে, অজয় চিঠিহু শেগাইনু।

অজয়—অহুদি ঈশৈ শক্লো।

কল্যাণী—ইমাবোকনা তারবদি ?

অজয়—ইমাদি আ—মনাংগী চাকশংদা—তারোই।

কল্যাণী—ওসিদি তোক্লসি হয়েং শক্কে।

অজয়—অহুদি চিঠিসু হয়েং পীরগে।

কল্যাণী—( নোকতুনা ) নখোয়গী হা হা হু হু নাহেবগী ঈশৈদি হৈজদে।

অজয়—নংনা হৈনবা কীর্ত্তনহু শকউ।

অজয়—ও ··· ···· ···· কপ্পনু অমুক কপ্পগু নহাক কুইদ্রে পূজাগী ছুটি। নংগী কৃষ্ণদো কলিকটাদগী কুইররোই লাক্লনি। চিঠিসি পারগা নপুক্লিংহু খরা ফাজিল্লু।

( চিঠি পীরম্লগা ইমুং চংখিবা, কল্যাণী চিঠী ফাক্কোকতুনা পারগা মমায় মকৃশিনবা, নুংশা মপী হোল্লগা চিঠী থুপচিনবা। তাঙ্গা অসিদা পশুপতি কল্যাণীগী মনাক্তা লেপ্লবা )

পশুপতি—কনানা পীরকপা চিঠিনো কল্যাণী, বিজয়না পীরকপরা ?

কল্যাণী—( থংবা, পশুপতি উবদা শাউবা ) কৈদোংগেগে নহাক ? পাজিহন্‌
যুমদা লৈতে অনাবা য়েংবা চৎখ্রি।

পশুপতি মহু ঐ থঙই। লায়েংবদগী হলক্লগা ঐখোয়গীদা লৈহৌরি। ঐখোয় বাবাগী মফমদা শেল পুবগী ওইরমান্নে। তাঙ্গা অসিদা নহাক্কী থাজমানবী মায়থোং অত্থু অমুক্তা উগে লাকপনি।

কল্যাণী—হৌজিক চৎখ্রো চংলো।

পশুপতি—ঐবু হেক উবদা নংনা শাওবসি করিগীনো কল্যাণী ?

কল্যাণী - নেশা চাবা নংগুম্বগা বা ঙাংনবা ঐ তুককৈ।

পশুপতি—নংবু ঐগী ওইবা ফংলবদি ঐহাক নেশা চাবা হেক্কা থাদোক-
দবনি। থাঙ্গৎশেংবনি নং য়েংউ।

কল্যাণী—অসিদগী চৎলরোইদ্রা ?

পশুপতি—ঐবূ ৱাহল্লগনু। কল্যাণী, নংবু ঐগী ওইদ্রবদি ঐ ঙাওগনি। অচুম্বনি ঐনা হায়রিবসি কল্যাণী। ( মখুৎ পায়গে তোই )

কল্যাণী—চৎখ্রো চৎলো।

পশুপতি—কল্যাণী ! ( মখুৎ পায়বা )

কল্যাণী—( মখুৎ কহোকতুনা লাওন ) চৎখ্রো চৎলো।

( অজয় থুনা চংলকই )

অজয়—করি তৌরে ? ( পশুপতি চেনগে তৌবদা অজয়না ফায় ) কদায়দা চেনগনি, ঙসি নহাক লিৎফম লৈত্রবনি। মহাক ঐনা মতুং মনাও তৌহু হায়না কয়ারক বারকখিব অত্থু ভাব তাদ্রে নং ? ঙসিদি থঙদো। ( মঙকশম পায়বা )

পশুপতি—খবরদার ইশা শোক্নু, থাদোকউ।
অজয়—অওইবরা? মমিংকাম্ভু ভাংখংপা শারি।
কল্যাণী—অজয়! থাদোকপ্রো। মৈমন্তনম্ভনা কারদে পাজিহন লাক্লগনি।
( দুর্গা চংলকই )
দুর্গা— কৈদৌরে অজয়! করিগী থংনম্নিবনো?
পশুপতি—উরবরা ইঙ্গোমচা! নখোয়গী অজয়না করিগু নন্তবদা।
অজয়—অমুকন্সু মচিন্থীবা শারি। নংনা কল্যাণীবু ইকাইবা পীব্রা?
পশুপতি—ঐ করিমতা তৌদে।
দুর্গা— অজয় থাদোকপ্রো, মী তানরগা কঙ্গদে, কল্যাণীনা কাইহৌক্লবা ওইরমগনি।
অজয়—ইমাগী রায়েল নিংথিজৈ ইমা! য়েংনিংদবা মীদুগীদি খোঙথাং থুদিং চুমদে খল্লি হায়বগুমি। কল্যাণীগী মরমদি ঐদি উবা ফংদে ইমা।
দুর্গা— নং অঙাংনি নংনা খঙবা পোৎ নত্তে।
পশুপতি—ইঙ্গোমচানা হায়রিবদু অচুম্বনি।
অজয়—তুমিন নৈয়ু অমুকা ঙাংলবদি নম্নাদু খুদেক্কনি।
পশুপতি—থাদোকউসে অজয়! নংত্রবদি ঐগী শঙ্গ মরামদা তাক্লবদি নং জুগোৎ চারোই।
অজয়—ঐবু কিহন-লাকহন্দুনা তৌবা শারি। ঐগীদি শঙ্গ লৈত্রবরা? নংগী বাবা ফাওবা ঠীক তৌগে তৌবদা মুংশিন্থুনা থাদোকপিগ্রিবা অহনি। লাও মপান্দা চংসি লাও।
( পশুপতি ইন্দুনা পুথোকখিবা )

দুর্গা— অজয় থাদোকখ্রো, খৎন-চৈনরগা লৈকাই য়াথোক ওইরগনি। ন'সী পাজি লাক্লবদি য়া থোকপা তারে।

পশুপতি—( মপান্দগী ) ও হাৎলে হাৎলে।

অজয়—( মপান্দগী ) খঙলত্রা কমদোই।

দুর্গা— অজয়! অজয়! থাদোকখ্রো হায়মি।

অজয়—নখোয়না পংলাওদা লাওরিবসি করিগীনো, অভাওবগী হীদাক্তি ফুরগা লোইরবনি। লাক্লো, থেংগ্রে চাক চারগে।

দুর্গা— অহিংদা অমুক কদায়দা চৎকদোরিবা?

অজয়—আ বাগপাড়াদা যাত্রাযালী তোগদোরি।

দুর্গা— যাত্রাবালী লীলাদা হায়দুনা লৈরেকো নং। নংগী পাজিনা লীলা য়েংগনু হায়না তত্তনা হায়বসিবু নংনা থকু তাদবসি করিগীনো? হন্দকমুক পরীক্ষা ওমদ্রবসু নোমৈ ওয়নবা কয়া হোৎনগেদি হায়দ্রদুনা নুমিৎচুপ্পা কোয়দুনতা লৈবসিবু নংবু কমদোগে হায়রিবনো?

অজয়—লাইরিকসি ঐগা কয়া পরুদ্রে, ঐগা পরুবা লগী লীলা য়েংবসিদা হোৎনবা হায়বত্নিদনা ইমা।

দুর্গা— লাক ও চংওক্লে, নখুৎ নশা হামদোক্লগা চাক চাররো। চংখিবা)

অজয়—( কল্যাণী মথয়াই নুংঙাইতনা লেপ্পা উবদা ) করি তৌরবগে দেবী, মায়থোং মক্লা উববু করি তৌরবগে?

কল্যাণী—মীগী মচা ফুরুরিবহুবু চুমত্রা? পাজিহন্না তারবদি য়ায়া শাউরগনি। পাজিহন্দদি অসিগুম্বা অসি তাহনবা য়াদে।

অজয়—তৌগদবা ইথৌ পাংথোকপদদি। খুদোংথিবা তারবী মুপী মচাবু

কনবীবা হায়বা অসি, পাঙলবগী হৌনবা ধর্ম্মনি। ঐহাক অকনবনি। অকনবগী ঈ চেল্লি ঐগী শিংলিদা।

কল্যাণী—চংলো অথৌবা লাম্থেংনবদা চোকথরে নশা অহু খরদং চারগা বাগপড়া মাইকৈদা খোংশানখরে। পাজিহল লাক্তিন্রৈদা চংহৌনবা থৌরাংলুরো।

অজয়—হাঃ হাঃ হাঃ নোকহল্লি ঐথু নংনা। কনাবুম্ম কাবা মী নত্তে ঐহাক হাঃ হাঃ হাঃ। ( চংখিবা )

( কল্যাণী খোঙ্গাললোমদা পুক্লিং লুংঙাইতনা য়েংহুনা লৈবা ঙাইহাক লৈরগা শদাশীব চংলকই, কল্যাণী হৌগৎলি )

শদাশীব—কনানো ? কল্যাণী !

কল্যানি—ঐনি পাজিহল, অম্বক য়াম্না খেংলকলিবা করিগীনো ?

শদাশীব হল্লকপদা জামিনি মগুলগীদা চংউহুনা শেল খরদং লৌননবা বা ঙাংনরক্লে। খুত্তা খর লৈবা অসিনদি বিজয়গী থাবা কোম্লদ্রে। মানদি শেল থারকউ থারকউ হায়হুনা তত্তুনা চিঠি ইরকই। হৌজিক শেল পুবা তারবনি। ডাক্তর তম্বা হায়বসিনদি খজিক খরাক্কী শেনজং নত্তেদো, ওম্বোক্লা য়াম্না চংথ্রে। দেশা উপাই তৌহুনা শেল খিবা তারবনি। তম্বা হৌজিল্লুরবনিনা লৈতে হায়হুনা তোকহনবা চুমদ্রে।

কল্যাণী—ঙসি চিঠি অমা লাকই।

সদাশীব—কনাদা ইরকপনো ? ( কল্যাণী মমাই লুকথখি )

ওঃ না-য়েক্তে হায়বরা ?

কল্যাণী -অদুগুম্বদি ইরক্তে।

সদাশীব—অদুদি ?

কল্যাণী—শেম থারকপা থিগে হায়রকই।

সদাশীব—অতৌদি হায়রকুবা।

কল্যাণী—হায়রক্লে। ( সদাশীব মমাই মকশিল্লি, হরেন বাম্বু চংঙকই )

হরেন— ডাক্তর লৈবরা ?

সদাশীব—চংঙকউ লাও মাষ্টর ! কল্যাণী! চৎলু চা কপ অনিদা লোরু।

( অনিমক ডাক্তর থানাগী ফমফমদা ফমই। )

কল্যাণী—হান্না থরদং চারবদি ফগদবনি পাজিহল ঙসিগী করি অমতা চাগ্রি।

সদাশীব—ডাইহাক্তং পোথাখিগে। কোম্না খোং-খুৎ হামদোক্লগা চারগে, করি হায়বগে ? চৎলো চা লৌরুরো।

( কল্যাণী চংখি )

হরেন —নহাক্কি নশাগী মরমদা করিমতা যতন তৌগ্রে ডাক্তর। মতম চানা চাবা থকপা তৌ। নুমিৎ চুপ্পা চাদা থক্ননা লেনগনু।

সদাশীব—লাইবকনান ভায়া, নুমিৎ থরদং লৈরিবসি অসুম্না লেনবা তারেদনা।

হরেন —মহ চুমদে ডাক্তর, ঐগী বাশি তাও। মহুম তৌহনা নশাহ মাঙহনগনু। নহাক নশানা ডাক্তরনি, নঙোন্দা পাউতাক পীবগী দরকার লৈতে। অহুবু মরুপ অমা ওইরবনিনা হায়দবসু ঙমদে। মসি তোক্লসি অজয়দি করম তৌবা তারে।

সদাশীব—মাগী আশা ঐ থাদোকলে মাষ্টর। করিসু কান্নররোইদবা মীনি মহাক। মাগী মথৌ হায়ববু নুমিৎ চুপপা চাবগা কোইব গনা লোইরে। শাগৈ চেম্বনবা পোকপনি মহাক।

হরেন —নঙনা খল্লিবহু লাললে ডাক্তর। শাউনিংই হায়হুনা মাবু য়েংশিন্দবা তৌগনু। "আইডল ব্রেন ইজ এ ডেবিলস ওয়াক সোপ" হায়বা ব লৈবনি। লাইরিক তম্বদা মহাক মথবাই য়াওদে হায়না উরে অহুবু মহাক মশা ফবা মবুদ্ধি লৈব অঙাং অমনি। অস্থুম থাদোক্লবদি মহাক মাঙথ্রগনি।

সদাশীব—অসিদগী করি অমুক হেন্না মাঙখিগদগে মাষ্টর! (নুংঙাইবা মীনোক নোকই)

হরেন —মহু নঙনা শাউহুনা হায়রিবদি ডাক্তর! সমাজ অসিদা খুদি মক লাইরিক হৈবা পণ্ডিত ঙাক্তা ওইবা পোং নত্তে। লোমী, শিনমী, লল্লোনবা মখোয়সু চন্নকম লৈতবা নত্তে। মরু ওইবা বাবু করিগো হায়বহু খঙলবরা ডাক্তর? নহারোলশিং অসিবু ঐখোয়না অচুম্বা লম্বীদা থাজিনবা ঙমদে। মখোয়দগী ঐখোয়না তুংগী ফহোগদবা অকবা ফীভম অমা ফাওবা উংপা ঙমদে। মহুননি মখোয় নহারোলশিংনা পম্বুংফম খংদহুনা লমখাংদা মাঙলিবসি। তুংগী য়ুম্বী ওইরক্কদোরিবা নহারোল মথোক কারকপশিং অসি তৌল চারবা উপাম্বীগুম্নে।

(কল্যাণী চা পুহুনা থোরকই)

সদাশীব—নঙগী লেকচর হোরকলে,, খোনাও অসি কংলে, চা থকপিসি লৌরোসে। (কল্যাণী চা পিরমলগা চংখিবা)

হরেন —ফাগী নত্তেনে ডাক্তর। ঐনা হায়রিবসি অচূম্বনি। অসিগুম্বা মফম মরাং খঙজবা ফীভম অসি উবদা ঐ ওংম্বাক্না নুংঙাইখিদ্রে। দেশগী তুংদা ওইরক্কদবা ফীভম অসি খল্লুবদা তু চুংই।

সদাশীব—ঐনা করি খল্লি খংলবরা মাষ্টর ! নখোয়না অহাংশিংগী তম্‌বা লাইব্রিক মশিং হেনগংনবতা হোংদৈ। সেলেবস, সেলেবস, ভূমগলি ভমলোই হায়বদি খক খদে। চহী খুদিংগী অনৌবা হোংলগা লোইরে। ওঝাশিংনসু মহাংশিংনা খঙবা খঙদবা খদে, নোংমগী হাক্তির শোইদ্রগা লোইরে। থাজৈশেংনা জ্ঞান ফংনবা, লমচৎ ফগৎনবা, ধর্ম্মদা থবায় মাঙনবা হোৎনবদি লৈতে মশিননি ঐংখোয়গী লৈবাক্না অসুম অসুম হঙ্গরক্লিবা।

হরেন —লৈবাক্‌ দমক্তা খনবা, মশাগী কান্নবা য়েংদনা ময়ামগী কান্নবা মায়কৈদা মখরাই য়াওবা লুচিংবা অমা য়াম্না থুনা দরকার ওইরে নৎত্রবদি লৈবাক অসিগী নহারোনশিং অসি পন্থুংফম খঙদনা তোকখিবা তারে। কান্নবা দল লিংবসি দলগী কান্নবা লৈবাক লৈবা নওে, নওে হায়বসি হেক্তিক কালগী লুচিংব-শিংনা খনদে। হীরম মচা মচাদা মাগী মাগী দলগী নীয়ম মখাদা লৈরবসু লৈবাক্তী ওইবা থোরম কয়া লাকপদা দলাদলী থাইদনা পুল্লপ চোংশিনগদবনি হায়বা সিমদি মখোয়না খনবদা য়োদমাল্লে।

সদাশীব—অতুনা হায়রিবসিনা নখোয় ঐখোয় ময়াম চংতুনা দলাদলী থাইদনা নহারোনশিং অসিবু অক্‌বা লম্বীদা পুরক্কবা হোৎনশি।

হরেন —মতুগুম্বা লম্বীতু খন্ননবা ঐনা নঙগীদা তত্তনা লাকলিবসিনি। বিজয়গী করি পাউ তারি ? চাং নাইনা চিঠিকাদি ইরক্লিব্রা ?

সদাশীব—ইরকই, মাগী চিঠিগী মরোল হায়ববু শেল থারকউ হায়বসিনা মরুনি। নঙনা শঙলিবতু মঙাই, ডাক্তর তম্বা হায়বা অসিদি ওম্ভোক্না খরচ্চ চংগ্রে। নংনা ঙসি বিজয়গী বা মতাং নত্তনা পল্লকপবু কবিগীনো ?

হরেন —ওসি অমুক নরেন্দ্রগী চিঠি অমা ফংই।

সদাশীব—বিজয়গী রা ইরকপরা ?

হরেন —মতুগী হায়গে লাকপনি। নরেন্না ইরক্লিবসি থাজদবা য়াদে। অতুগা বিজয়না ফত্তবা সঙ্গ তিন্নহুনা ফত্তবা লমীদা চৎকনি হায়বসিমসু থাজবা থরা লুই। পিশক পিক্লিভৈদগী ঐনা খংলক্লবা বিজয়নি। মাগুম্বা নহা অমনা।

সদাশীব—নংনা হায়রিবা অসিবু মাষ্টর ঐগী বিজয়বু ফত্তবা সঙ্গ তিন্নহুনা ফত্তবা লমীদা চৎলবা ? নরেন্না ইরক্ললবা ?

হরেন —ঐগী বাখল্দদি নহাক অমুকুং কালিকটাদা চত্তুনা বিজয়গী অওইবা অমতং খংদোকপনা চুমই।

শদাশীব - নরেনগা বিজয়গবু থন্ন-লাক্ল তৌই হায়বরা ?

হরেন —থাঙ্গৈশেংনা থৎনবদি নত্তে, থৌদোক্তি নরেনবু বিজয়না থরা ইকাইবা পীরে হায়না ইরকই।

সদাশীব—অতুননি। মাবু ইকাইবা পীবতুদা নরেন্না শাউনিংতুনা বিজয়গী মথক্তা শেরান-তুরান ইরক্লিবনি। ঐগী বিজয়বু নঙনা থঙ-লিবতুনি। নখোয়না হায়বদাই “ বিজয় ইজ এ জুজেল ” বিজয়গী মরমদা শাগৎলবা ঐগী বাংলবা আশা, তুংডাইরবা মঙ কয়া ! ঐগী বিজয় মমিং চৎলবা ডাক্তর অমা ওইরক্কনি লৈবাক থুদিংদা মাগী মিংচৎ কাওরক্কনি খংলবরা মাষ্টর, মতম অতুদা ঐবু কনা অমতনা মাইবাগুমচিং তুক্কী ডাক্তর হায়না নোক্লবগী থৌনা লৈররোই, ময়াম্না ঐবু বিজয় ডাক্তরগী মপানি হায়না ব্যবহার তৌগনি।

হরেন —নঙগী আশা অহু থুংবা ওইসনু ঙাই। ঈশ্বরগী মঙ্গদা ঐনা প্রার্থনা তৌরি। অহুবু নঙ অহুক্কংদি কালিকাটাদা চত্তুনা বিজয়গা উন্নক।

সদাশীব- চৎকদোবা মতমসিবু কৈদনো, চাক চাবা ফাওবা নিংথিনা মতম ফংদ্রবসিদা কালিকাটাদা করম চৎকনি। অহুগী মথক্তা নুমিৎ খরদা মঙাইরে পুজাগী ছুটি থারনি।

( য়ান্না শাওনা যামিনি মণ্ডল চংলকই )

যামিনী—ডাক্তর ! ডাক্তর লৈবরা ?

হরেন —ঐ চৎলগে ডাক্তর ! ( চৎখিবা )

যামিনী—ডাক্তর, নঙোন্দা অরোইবা অমতং হায়গে লাক্লিবনি। নংগী নচা মথোং হুক্তবাঅসিবু বারক্কে হায়রগা বারকউ নত্রবদি ঐ মখা চৎথবা তারে। মাগী মরমদা ঐ কয়ারক খাঙথিগদগে ? নহাল অমুক ঐবু অখাকপা লৈতনা চোপলল্লে। নংগা ঙাই-শেল ওইনিংবদগী মিৎ না উইশিন্দুনা খাঙলিবনি। অহুবু খাঙহৈবগী পনথৈ হায়বা অমা লৈবনি। ঐগী ইচা পশুপতিবু অর্থুক থিনা ফুরক্লিবসি থংদ্রা ? নহামমুক্তি নঙগী নমায় য়েংহুনা তোক্লে, হন্দমুক্তি ঐ তোক্লরোই পুলিস কেশ তৌরনি।

সদাশীব—করি অমুক তৌরবগে মণ্ডল বাবু।

যামিনী—করি তৌরবগে হায়বহু নংগী নচাদা হংউদনা। নুমিৎ থুদিংগী নচা নিপাগী মথক্তা বাকৎ অমা নত্রগা অমা লাকই। নঙগী নচানিকো হায়হুনা নমশিন্দুনা থমলক্লবনি অহুবু মতম পুম্নমক্তদি অহুম্না থবদি য়াবা নত্তে মাবু বারকউ।

সদাশীব—ঐগী বারকপা ইস্রবা অঙাংবন মহাক, মণ্ডল বাবু।

যামিনি—নৈকাই মীনা যাম্না ওৎ-নৈবজি কয়াম্না খাংজ্রবা নৈখিগদগে ডাক্তর ?

সদাশীব—মত্তম্ন অচুম্বা বানি।

যামিনি—মাবু মল্লিক চানা বারকউ নত্রবদি ঐ থানাদা চত্তুনা পুলিস কেশ হৌরগনি, ঐবু দোষ তৌগন্নকো ডাক্তর ঐ চৎলো।
( সদাশীব মথবাই সুংঙাইতনা হক্ষৎ-হক্ষা চৎলি )

সদাশীর—দুর্গা !

দুর্গা —করি হায়বগে ( থোরকই )।

সদাশীব—নংগী নচান্নপা অতোনবগী মগুন তারিনিদনা ? অসুম্না ঐবু কয়ারক মীগী খদাং মথা থাহনখিগদগে ?

দুর্গা—করি তৌ হায়বগে ?

সদাশীব—নঙনা মাবু কনখৎপদগী থোক্লিবা নত্রসে। মহাক্না উখিৎপা কনা অমত্তা য়াওদ্রে, অমনা নত্রগা অমনা বাকৎপসে তাবা ঙমদ্রে ঐ।

( অজয় চংলক্কুনা মপাল্লোমদা ফল্লজুনা চৎকে তৌবা )

সদাশীব—কদায়দা চৎলিবনো ?

অজয় —থবক নৈ।

সদাশীব—করি থবকনো ? অহিং অথেংবনা মপান্দা করি থবকনো ?

( অজয় খুমদে )

দুর্গা—শুমাং লীলা য়েংবা চৎলিবনি ।

সদাশীব—য়ারোই নং চৎপা য়ারোই ( অজয় চৎকে তৌই )

দুর্গা—অজয় ইমা বা হায়গে, ইমুং মহি লাংহনগনু চাক চারবনিন চৎলো তুম্মুরো ইমানা হায়বা ইল্লু।

অজয়—আঃ লাওরিবা করিগীনো ? ঐনা নিংগ্রবা পোৎনি ঐ শোয়দনা চৎকনি।

সদাশীব—ঐগী য়াথংনি নং চৎপা য়ারোই।

( মরকসিদা কল্যাণী থোরক্লুনা ডাক্তর শং মনাক্তা লেপ্তুনা য়েংহুনা লৈবা, অজয় থোশাদনা চৎখিবা )

দুর্গা—অজয় ! অজয় ! হল্লকখো লাও ইবুংঙো।

সদাশীব—দুর্গা, কৌরুনু চৎহনগ্রো। মহাক অমুক ঐগী য়ুমসিদা হল্লকপা য়াররোই। ওসিদগী গী ইচা অতোম্বা শিগ্রে হায়না লৌরগে

দুর্গা—(কপ্তুনা সদাশিবগী মখোং কোন্দুনা ) তুমিন লৈবিরো মখা তাবিরনু, বাদু হায়হৈদে। ( সদাশীব মকোক ঙাওহুনা তুগে তৌবা দুর্গাগা কল্যাণীগনা ফাবা। )

## INTERVAL

## অনিশুবা অঙ্ক

## অনিশুবা উৎপা

### মতম—হুমিদাংবাই : " মিশ ডলিরায়গী কা "

"ডলিরায় ফমহুনা লৈ, প্লাবন চুরুট থক্কুনা কোইচং চল্লুনা লৈ।

প্লাবন—থোইনা খন্থরুনহু মিস রায় ? হন্দক্তি শোইদনা ঐহাক মঙ্গল ওইরনি। Please give me another chance. মখোয়না ঐবু অসুম্না নমথাক তৌরমগনি হায়বসি ঐদি মঙদা ফাওবা মঙদে। মহা বদমাস ঙাক্তনি।

ডলি—বাবুবু ক্লব অমুক লিংখৎখিগদ্রা ?

প্লাবন—Certainly. থাথাদা হনগদবা প্লাবন চৌধুরী নত্তে, মখোয়বু মমিং খিৎনা উহনগনি মহুদি লৌশিংবু লৈরবদি কনাগী মতেং লৌদ্রবসু থবক পুম্বা পাংথোকপা য়াই হায়বসি।

ডলি—বাবুখোয়গী ক্লবতু য়াম্না মপুং ফারক্লবনি করিগীনো অহুক থুনা থুগাইখ্রিবা ?

প্লাবন—মহুগী মরম য়ামই। ইবেম্মদা মরমহু হায়বা য়াদে। অদুগীসু মথক্তা হৌজিক্কী মতমদা অমনা অমবু থাজদে। মী গুদিংমক ডিরেক্টর ওইবা পামই পুম্নমকসি মানা মহেক্লে খল্লি মহুদি ঐঙোন্দদি য়াবা পোৎ নত্তে।

ডলি—মহুরা ?

প্লাবন- নুমিং কয়ানি অসি করম তৌনা চখসিগে য়াম্না মুন্না বাখল তৌরে।

ডলি—করি লেপ্লিরবগে ?

প্লাবন—নাতৈ চাদবা, অনৌবা আইদিয়া অমা ফংলদুনা ইনৌ নৌবা লীলা অমা লেংলে। ইবেম্মনা ঐগী ইতেং পাংবিরবদি অনৌবা মওংগী ইতিহাস অমা হোদোকপা ঙমগনি। মতৈ কনাগীম্ভু মতেং দরকার লৈরোই।

ডলি—করম তোনা ?

প্লাবন—লীলা অসিগী মমিং "প্রেম মন অমা"

ডলি—মন অমগী ? সের কয়ানা শারা ময়ো ?

প্লাবন—নাতৈ চাদবা ; মন হায়বদি পুকচেল থোইজেন তিম্নবা হায়বনি। কিলো ওন্নবা ক্লিলো মনহু নত্তে।

ডলি—( নোক্তুনা ) মহু ওইরে।

ডলি—ওহোকপা অনৌবা মওংগী লীলা, মথাদা ময়েক ইগনি। "এডল্টস ওনলী" ( Adults only )

ডলি—পাখং শরিগী হায়না ইগদবা ( নোকপা )

প্লাবন—লাইরিক্কু ফোংবগা লোইবগা ছাপা তৌবা শিংপগা। চেকোং মথংদা অমা মীনা পাম্নবা মতুং ইন্না মমল হেনগৎপা।

ডলি—বাবুনা লাইরিকতু য়োল্লিন্তৈদা বাবুগী অঙাং অমা চংলকতুনা "বাবা চাক লোইরে বাবা" হায়না কৌবদা শাউদুনা তোংজৈ লংবদা থাও চফু কাইবা। ( নোকপা )

প্লাবন—ইবেম্মদি ঐবু ফাগী তৌদুনা নোক্লি। ঐ চংলগে অহুদি।

ডলি—( মথুং পায়হনা ) অদোম শাউরমাগ্রে, ঐনা ফাগী তৌরুবা ঐনা মানগ্রে, ফগীর।

প্লাবন—শাউববুদি শাউদেদ।

ডলি—ঐদি বাবুবু কনাসু নত্রে ঐগী চায়বা মরুপ অমনি খন্দুনা ফাগী তৌরুবনি, বাবুনা ঐবু অতোপ্পা অমনি খল্লবদি খংগ্রে।

প্লাবন—ইমেম্ববু ঐনা অতোপ্পনি খল্লবা? বাখলহু কনানা ইন-শিল্লকইবনো বিজয়নরা?

ডলি—বিজয় বাবুবু মরক অসিদা নুংশিবিরকলিবা করিগীনো? নহাক্নদি..................।

প্লাবন—নহাক্নদি ইবেম্মগীদমক পুল্লপ থাদোক্লগে লাক্লরে। (ডলি নোকই)

ডলি—কদাইদগীনো আর্থ য়াওদবা বা ভাক্তা প্লাবন বাবু।

প্লাবন—মিশ রায় ঐখোয় মিং তাঙদে, তোক্লসি শকতাপি অচুগী বা ভাংনবা, হৌজিক থবক্তী বা চথরসি।

ডলি—তাকপিয়ু।

প্লাবন—ঐগী লীলা অসিগী হেরোইন ইবেম্মবু পামই। রিহার্সেলসু হয়েংদগী হৌবা পামই।

ডলি—ফৈ কৈদৌবগে।

প্লাবন—ঐগী মেন্নসক্রিপ্তো পুক্লিং চংনা পাখিয়ু। ইবেম্মা শোইদনা পেনবিগনি। ঐ হোরেন লাইরিক্তু পুজরক্কে। হায়া অমুক্তং পাহনা ভাব তাবনা ফৈ।

ডলি—হোরেনদি ঐ থরক অমা কৈরে, হয়েং পুরিকউ চংপিরগেরা?

শেল-থুমগী মরোলদি...?

প্লাবন—শেলদি হয়েং রিহাসে´লদা লোইনশি। হন্দক্তি শেল পুথোক্ত দবা কনাসু য়াওদ্রে অদুগা ইবেম্মা কনসিদায় তৌবিন্নু চৎচরে Good Night.

ডলি—Good Night.

প্লাবন—ইবেম্মগী well wisher অমা ওইনা বা অমতং হায়রমগে বিজয়দো পংনক নকশিন্নবীগনু, He is a dangerous fellow ফরে—Bye-Bye ( চৎখিবা )

( ডলি মশা চোকথনা শোফাদা শাথদুনা ফমদুনা লৈবা মখি উইশিল্লি অশান্তা চংলকই )

আশান্ত—নমস্তে, মিস রায়!

ডলি—নমস্তে।

অশান্ত—থরা হুংঙাইবিরিদনা।

ডলি—'শবা য়াদবগী পাল্লিবা হায়বদুনি। ( হৌগত্তুনা ফমই )

অশান্ত—সমন লাক্তিবমথৈ হিংলিবা হায়বদুনি হায়না থুম্বীয়ু। প্লাবন থেংনরম্ববু অসিদা লাক্লম্বরা?

ডলি—লাক্লমই।

অশান্ত—অমুক মাগী ক্লবতু হৌরবরা?

ডলি—অদুম নিংই।

অশান্ত—ক্লবকী মেম্বরদি কদায়দগী খোমলুরিবা?

ডলি—বাবুখোইগী হাম্নগী ময়ামদু কাইনবীরবরা?

অশান্ত—হৌজিক্তী মতমদা ডিক্টেক্তরসিব চৎনদ্রে। ( নরেন লাকই )

নরেন—( মপান্দগী ) চংজরকপা য়াগদ্রা ?

ডলি—চংবিরকউ। ( নরেন চংলকই ) কন্নি তাকপিগদবা।

অশান্ত—আরে, Good boy নিনা, কন্নি থবক্তী ওইরবনো। মিস রায়গী ড্রোইং রুমদা অদোমগুম্বা ফীদমনকম ওইবা পাম্বং খোঙদাবিরক্লি ?

ডলি—ফম্ব য়ু কৈদৌবগে ?

নরেন—বিজয় লাক্লম্বরা ?

ডলি—লাক্লমদেনা।

নরেন—মাবু থিবা ঐ মাগী মেসদা চৎলুই। মা ইবেম্মগীদা লাকই হায়বা তাক্লুনা লাকইবনি, মাগা ঙাংনগদবা অক্লবা বা অমা লৈরে।

অশান্ত—মহুনা অচুম্বরা ?

নরেন—হায়বদি।

অশান্ত—I mean, থাঙ্গৈশেংনমক বিজয়বু থিবা লাকপিরিবরা নত্রগা অতৈ অমগী।

নরেন—তাকপিরিবা অতু অমুক্তা শেংনা হায়বিয়ু। পাখোং চনবদৌনা হায়বদো ঐ ভাব তাজদ্রে।

অশান্ত—হায়বদি অদোম্বা অসিদা লাকপসি থাঙ্গৈশেংবা বিজয়বু থিবা লাকপরা নত্রগা মিস ডলিগা উন্ননিংহুনা বিজয় হংশিন্নবরা হায়বা বানি।

নরেন—তাবিয়ু আশন্ত বাবু মী পুম্নমক অদোমগী পুকচেন ঙাক্তনি খনবিগনু !

অশান্ত—করি হায়বা **What do you mean ?**

নরেন—ঐগী বা তাবদা শাউগৎপিরিবা অদুনদি অচুম্বা বা তাবদা বাবুনা খাঙবা ঙমদে হায়বা শেংলে।

অশান্ত—ইউ শট অপ।

নরেন—ঐদি তুমিন অদুম্মক লৈরি।

ডলি—করিনো করিস্ নত্তবদা শাউগৎনারিসিবু ? তাকপিরো ফঙ্গীয় নরেনবাবু বিজয়গা উনবিনি হায়বদাই। মা ঙাইহাক লৈরগা লাক্কনি ফঙ্গীয়।

( নরেন ফমনিংদনা ফমথবা )

অশান্ত—ঐগী বা লোইখিদ্রে মিশ ডলি।

ডলি—তাকপিয়ু।

অশান্ত—ঐগী ড্রামাগী ক্লব অমা লিংখৎলে। নোংমা নিনিদা রিহার্সেল হৌরগনি। ইবেম্মনা হেরোইন কুম্মীদবা য়াদে।

ডলি—ফৈ কুমজগে, করম্বা ড্রামানিনা মমিং করি কৌবগে ?

অশান্ত—"খুজাম চফু" ( ডট্ট বীন )

ডলি—কনাবা ইবা।

অশান্ত—ঐনা।

ডলি—**Very good.**

অশান্ত—ঐ বোইহগী কোপী অমা পিজরক্কে। খরা মুন্না পাবিয়ু। ইবেম্মগী পার্ট য়াম্না লুই। হেরোইন ওইহল্লিবদি কোল গার্ল অমবু।

ডলি—কোলেজ গার্ল।

অশান্ত—কোলেজ গার্ল হায়বা নত্তে. কোল গার্ল, আর্থ খঙবিব্বরা?

নরেন—খঙদ্রবস্থ বাবুগী খুজামচফুদো শেংনা ফেংদোক্লগা মিশ ডলি-
রায়না ভাব তাজগনি, বাবিগন্থ।

অশান্ত—Will you stop! What nonsense!

ডলি—অমুকস্থ খংনরক্লে, ওস্থাকপা হায়বদু তারে।

অশান্ত—মীওইবগী খংইহবগী ঙমখৈ অমা লৈবনি।

নরেন—খাঙইহবগী ঙমখৈ লৈবনি হায়বসি য়ফম পুম্নমক্কা শিজিন্নবা
য়াবা ঋাইহনি।

ডলি—নরেনবাবু! থিয়েটর, শুমাংলিলা পুম্নমকসি বাবুনা ইপাম
পামদে অসিরা?

নরেন—মদোমদা পুবিগন্থ। ঐঙাক ইশানা লীলা ইবা অমা লীলা
য়াওবা মী নত্রবস্থ, লীলাবু পুক্লিং হকচাং য়াওনা পামজবা
মী অমনি। লীলাবু ফত্তে হায়না খল্লবদি রামকৃষ্ণ পরমহংনা
করিগীদমক গিরিসচন্দ্রবু হরাওনা কোনগদগে? ড্রামা হায়বসিদা
য়াম্নাচাওরবা শক্তি অমা লৈবনি। ড্রামাদা চাওখৎপগী
লম্বীস্থ য়াওরি, মাংন্নবগী লম্বীদস্থ শিজিন্নবা য়াই।

অশান্ত—Right you are, চুমই ড্রামাদা সমাজগী ফত্তবা অমোংপদু
উত্তুনা ঐখোয়না সমাজ শেংদোক্লবা হোৎনরি। সমাজগী
ফত্ত-হৌদি, অমোংপা অপুম্বা অত্যাচার লমচৎ নাইদবা, অচৌবা
অবাংবা থাক্তি মীশিংনা চংলিবা ওক্কবা, ফত্তবা শ্লাজং
সৈতানগী থবক।

নরেন—হায়বদি ফত্তে হায়না খনবা উরা মখৈ বাবু লোইনা ষ্টেজদা
উখোক্লি!

অশান্ত—মহুমকনি।

নরেন—মহুগী ফল তুংদা করি লাকদগে খনবিবগে ?

অশান্ত—সৈতানশিংগী মায়খুম হাংদোক্লগনি।

নরেন—মহুনা অফবগী মহুত্তাদহুগীফত্তবা ফলনা হেনগনি নিংই।

অশান্ত—করম্না ?

নরেন—মীচমনদি সমাজগী থাক্লেশেংবা ফিভমদি মসি ওইরে। মগুণ লৈবা অচৌ অশাংনা চৎলিবা শাজৎ অসি পরমখৈদি ঐখোয়স্থ লৌবা য়াই করিগী দোষ ওইগদগে খনখিবা য়াই। বাবু-খোয়না ফত্তবা থবক্তুদা তশেংনা উৎলি। ফত্তবা তৌক্রবহুগী তুংদা মহৈ করি লাকনি হায়বহুদি থক উত্তে।

অশান্ত—বোগস, ওয়খোদোক্স, খুনুংগী বাখল। অহুগুম্বা বাখলহু হৌজিক্তি তুংদা লৈহোরে বন্ধু। ঐখোয়গী লীলা অসিনা সমাজগী নরককুণ্ডগী শরুক খুদিংমক ভানহল্লি শয়তানশিংনা কিবনা মমায় লোৎলি।

নরেন—অশান্ত বাবু, তর্ক তৌনহুনা কান্নরোই। বাবুখোয়গী দলনা হৌজিক্তি য়ামলবনিনা ঐনা হায়বা অপুম্বা চোইরোল তার-গনি। অহুবু ঐনা অসিমদি তশেংনা হায়রি মহুদি বাবুখোয়গী নরককোম অসে ফত্তবনা য়ামই।

অশান্ত—অফবা থরদি য়াওরি হায়বসিমদি য়াইদনা।

নরেন—অফবা থরা য়াওরবস্থ ফত্তবনা হেল্লি হায়হুনা অপত্তি তৌরি-বনি। দেশ অসিগী সংস্কৃতী অমদি চৎনবি লাম্বোক্তুনা শেম্বা লিলা অহুদি ফজরবস্থ মনম য়াওদবা চেগী লৈগুম্বনি। মসিমদি কাউবিহু অশান্ত বাবু, ড্রামা হায়বসি সাহিত্যগী তৎনবা য়াদ্রবা

শরুক অমনি। ভ্রামানি হায়দুনা আর্টকী মমিংদা ব্যাভিচোর তৌবা হৌনদে।

ডলি—কা হেঙ্গিল্লদুনা অমুক থংনরক্কনি তোকপিরো।

নরেন—বাবু ডাকপিয়ু। ডলি দেবী। ঐ লানথ্রে। অদোম্, ওৎপগী-দমক ঐ নুংঙাইত্রে।

বিজয়—(মপান্দগী) ডলি! ডলি!

(বিজয় চংলকপা, মফিদি ফজনা শেৎলি মশক্তি কাহৎলে

ডলি—অমুক থেংঙকলিবা করিগীনো?

বিজয়—নরেন ওইরে, অসিদদি করিগীনো? অশান্ত বাবু নত্রা? করি থবক্কীনো?

অশান্ত—ঙসিদি হল্লগে মিশ ডলি। হয়েং মেন্নুসক্রিপ অহ্ থারক্নে। নমস্তে, চৎচরে। (থোকখিবা)

ডলি—নমস্তে।

বিজয়—(ফমদুনা) মফমসিদা নহাক্কী করি থবক লৈদুনা?

নরেন—মহাক উনবা লাক্লিবনি।

বিজয়—ঐগা উনবা অদুবু অসিদদি করিগীনো?

নরেন—মফম অতৈদা নংগা উনবা ফংত্রদুনা।

বিজয়—ঐবু খিবা মফম অসিদা থক লাক্লনু।

নরেন—তাকপিবা ইনজগনি।

বিজয়—ফাগি নত্তেনে ঐনা হায়রিবসি, য়াম্না খল্লগা হায়রিবনি।

নরেন—ঐসু য়াম্না থাখল তোরে।

বিজয়—নঙনা হায়গদবহ্ থুনা হায়রো।

নরেন—নঙ থবক য়াম্না চিল্লবরা?

বিজয়—নরেন।

নরেন—বিজয়। অনিমক য়েংনবা ভাইশাক লৈরগা) সদাশীব ভাক্তর নিংশিংলিরা? মরৌ ইঙ্খোল য়োন্দুনা মহাজনগী মক্তমদা শেল পুদুনা মচানিপাগী ভাক্তর ওয়বগী খরচ থাবা লাক্লবি

বিজয়—Will you stop.

নরেন—অজয়বু নিংশিংলিবরা? মাবু পোকপা মপাগা শংনদুনা মযুং থাদোকতুনা কোয়চেন চেনখ্রে। ময়াম্বা থিবা হোস্টেল চৎলুবদ হোস্টেলদা ময়ামগা থেংনরক্কে, অদুবু ময়ামগী পোওং উবদা তাবদা ইকাইজরক্লুনা কলকতাগী লম্বীদা কোইচৎ চৎলমদগী ঐগা থেংনক্লে।

বিজয়—মথা হায়খিগদবা লৈবিববা?

নরেন—লাক্লিবা থাংজদা পুক্তাগী ছুটিদা ঐ য়ুমদ' চৎকনি। অজয়ং পুদুনা চৎকনৌবি। মতুদা ঐ মরুপ বিজয়সু ঐগা লোয়নন চৎকনি হায়না আশা তৌই।

বিজয়—নঙনা হায়গদবা লোইরববা, লোইরবদি নঙ চৎপা য়াবগনি।

নরেন—কিগনু, অমুক হন্না নংবু ওৎলরোই। অদুবু চৎত্রিবগী মমাঙদা বা অসিমত'দি হায়রমগে নঙবু পোকপনা নঙগী চিঠি ফংবদগী মথবায় অদু য়াম্না লাংতক্লবে। নঙবু ঐগা লোয়ননা লাকমিন্নদবা য়াদে হায়না ঐভোম্বা ইরকই ঐবু পোকপনসু বাশি ইরকই

বিজয়—করিগী, ঐবু অভাংলা, ঐ ইতোমতা লাকপা ওয়লোই অসিবা

নরেন—অভাং নত্রে অহুনা কৌরিবনি।

ডলি—( নোকতুনা ) বাত্তা অসিদি ?

নরেন—ঐ চৎলগে মরুপ। চৎচরে ডলী দেবী নমস্তে।

ডলি—নমস্তে। অমুক লাক'পখিমিদনা।

বিজয়—নত্তে-নত্তে, লাক্লমু, বাই-বাই।

নরেন—( হাইফেং নোক্তুনা ) চৎলে। ( চৎখিবা )

ডলি—থাঙ্গেশেংবা ভদ্রলোক অমনি।

বিজয়—শয়তাননি। য়ারেম থোংনম ঙাক্তা। নুংঙাইরবা আশাগা লোয়ননা নঙগী নাক্তা লাকপা পুমকাই কায়রে। শাগৎলকপা পুম্বা কায়হনখ্রে। ইডিয়ট।

ডলি—মরুপপু পঙচৈদা চৈরিবা করিগী ?

বিজয়—মরুপ ? হোয় মরুপনি।

ডলি—নহাক। হেক্তা হায়রবসু ঐনা খঙই, নরেন বাবুসি নহাক্কী অশেংবা মরুপনি।

বিজয়—তমথিনা কল্লকচাওবা অমনি। অহুনুদি লবাইদগীনিন', মাগী মরমচৎসি ফজদবা জাংনি।

ডলি—ঐনা হায়রি মাগী মরমচৎ য়াম্না ফজৈ।

বিজয়—করম্না খঙলিবা ?

ডলি—ঐখোয়দি হেক্কা খঙবা ঙমই।

বিজয়—মচৎ ফজশিন্নরিবনি। য়মিৎ চুমদবা ওক্কবা অমানি।

ডলি—য়েংবদদা মীহুগী মপুক্কিং খঙবা ঙমই।

বিজয়—অহুগা ঐগী মীৎয়েং উরগা নঙ করি খনবগে ?

ডলি—চা থকদরা ? ও মিণ্টু ! ও মিণ্টু !

মিণ্টু—(চঙলক্তুনা। করি হায়বগে ইচে তোম্বী ?

ডলি—চা কপ অনি পুরকউ। থুনা।

( মিণ্টু থোকখিবা )

বিজয়—( খৌরাংলে ) ডলি।

ডলি—তৌখৎলক্লে।

বিজয়—নহাক অসি ঐগী ওইরে ইনাক্তা নৈরে হেক খল্লুবদা নঙনা খঙ হেদনা লাপনা চেম্ঘোকপি। লাম্বা ক্নংদনা চেনথোকখি

বিজয়—নঙনা অসুম তৌরিবসি করিগীনো ?

ডলি—কবিতা বাঙাং হোয়ক্লে।

বিজয়—ডলি নঙ ঐবু শান্নপোৎকুমা খল্লি।

ডলি—বাথল অদু নঙনা করম হায়না খল্লিবনো ?

বিজয়—থাজ্ঞেশংনা ঐবু নঙনা নুংশিরবদি ?

ডলি—নঙবু নুংশত্রবদি হয়া হয়া নঙোন্দা ঐগী থুং করিগী তিংথোক্কনি নহাক অসি ঐগীনি খনবদগী ঐগী অবাবা তারবা খুদিংদা নঙগী নতেং নিরিবনি। অতৈ কনাগী মফমদা ঐগী থুং তিংথোক্তে হায়বনি, নঙনা খংলিবদু মঙাই।

বিজয়—মদু খঙবনা নঙনা হায়বদা পিদবা তৌদ্রিবসিনি।

ডলি—ঙরাং হায়বদু নিং শিংলিবরা ?

বিজয়—নুমিৎ কয়ানি অসি থরা খুদোং চাদ্রি অদুবু চিংনগনু নোংম নিনিগী মনুংদা দেশা উপাই তৌহনা পিনবা তৌগে।

ডলি—নঙ থোইদোকপদি খনদেদনা ?

বিজয়—নঙবু ঙাওরবরা ?

ডলি—মঙনা ঐবু কনবিরে বিজয়।

বিজয়—(ডলিগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মথক্লাইদা খুং থমহুনা।) ডলি ঐগী রাণী!

(তাঙ্গা অসিদা খবর অমা পাইহুনা প্লাবন চংলকই, অনিগী মতৌ অহু উবদা খংবা, শাওমনখিবনা মথুৎতা পায়রিবা খবর অহু ডলি তমা লংশিল্লগা)

প্লাবন—নাতৈ চাদবা। (শাওনা থোকখিবা)

(ডলি বিজয় ফাক ফাক নোকই)

*Light off.*

## অনিশুবা অঙ্ক

## অহুমশুবা সিন

য়ুম ; মতম—অহিং

( শদাশীবগী য়ুম, অহিং। কল্যাণী মাঙ্গোলগী কাংথক অৱাংবদা ৱাখন তৌনা ফম্বা। পশুপতি ভাওফিং ভাওফিং চংলকপা )

পশুপতি—কল্যাণী! ও কল্যাণী। ( কল্যাণী থংবা )

কল্যাণী—কনানো?

পশুপতি—নংগী নুংশি ইথৌ লাংলবা ঐনি। ঐবু উরগা নমায় লৈথোক্নু কল্যাণী। থাঙ্গেশেংনা হায়ৱিবসিনি কল্যাণী ঐ থম্মোয় কায়গদৌরে।

কল্যাণী—নঙ মফম অসিদগী থুনা চৎখ্রো?

পশুপতি—নঙগী থম্মোয় অসি মীনুংশি হায়বসি শুকয়াও য়াওদ্রবর? নুংনা শাবরা?

কল্যাণী—নঙ চৎলরোইদরা?

পশুপতি—চৎলরোই, নঙ ঐবু তাম্বোকপিগনু।

কল্যাণী—মী কৌরগে!

পশুপতি—মী কৌরগা করি কান্নগনি। ঐ অসি ডাকুরা নংনা মী কৌগে হায়ববু

কল্যণী—নঙদি ডাকু নত্তে, পাপিনি।

পশুপতি– অভয় বিজয় মচিন-মনাও চেনখ্রে, নংগী পাজিহন অনাবা য়েংবা চৎখরে, অদুগা নমাবোক হায়রা চাকশংদা নৈ। অদুনা…

কল্যাণী—অদুনা অসি লৌ ( খুবাকনা থাবা )।

পশুপতি—নঙনা ঐবু ফুরিবা কল্যাণী (কল্যাণী চৎকে তোই)। ডাইখো চৎখিনু নঙনা ঐবু হন্না হন্না মায়থিবা পিরিবা করিগীনো ? ঐভোন্দা অমুক্তা নুংশি মিৎয়েংনা য়েংউ। নঙবু নিংথৌগ চপ মান্নবা থমগে। অদুদসু নত্তনা নখোয়গী তোল্লিবা শেন পুম্নমক ঐনা শিংদোকপিগে। ঐগী ৱাদা ঐখোয়গী বাবানা হিক-তোকপা ঙমলোই কল্যাণী।

কল্যাণী—খুরুমজরি নঙ চৎপিখ্রো কৈদোবগে।

পশুপতি—ফরে, ঐ হৌজিক চৎলগে। অদুবু ঐনা হায়রিবা ৱাসি কাউগনু। ঐ অমুক লাক্কনি হায়রিসিনি। ( চৎখিবা )

( ডাইহাক নৈরগা দুর্গা চংলকপা )

দুর্গা—কল্যাণী ( কল্যাণী হোগৎলি ) নঙদি অসিদা তুমিন্না ফমদুনা লৈরমলি, ঐদি কয়া থিরুরে, চৎলো চাক-এঙ্গাং অদু নিংথিনা অমুক্তা থোংলুচো। ( কল্যাণী চংখি )

সদাশীব—( লায়য়েংবা চৎলুবদগী হল্লকপা মখুৎতা বেগ )

দুর্গা নঙনা অসিদা নথৱায় নুংডাইতনা ফমলিবা করিগীনো। থুনা হোগৎলো ইচাশিং হল্লক্নগা চানবা চাক থোংলুরো। ঙা থোংবা অহাওবনচিংবা নিংথিনা থোংউ।

দুর্গা—(হোগৎতুনা) অঙাওবদোনা ঙাঙলিবা করিগীনো ? কনা কনা লাক্কদোরিগে।

সদাশীব—কনা হায়বগিবে।, অজয়গা বিজয়গনিনে

দুর্গা—অজয়গা বিজয়গা ! অওইবরা, মখোয় অনি হন্নক্রবা, কৈদৌরি কদায়দা ? করম্বা মতমদা ?

সদাশীব—ওসিগী লাষ্ট ট্রেন্দা মখোয় অনিমক মৌরক্লগনি। ঐ খংই দুর্গা। মখোয় মচিন-মনাও অনি অদু সদাশীব ডাক্তরনা পোক পনিনে। মখোয় মপানা হায়বা ইন্দবা য়াওরবা ? নহা ঐনা শাওহনা য়ুমদগী তাম্হোকখি, অদুদা মানা শাওহন য়ুম থাদোক্লুনা চৎখিবনি অদুবু ঐগী থম্মোয়গী বাদি মান খংদেদে। ওসি নোংমা নিনি ওরে নহাক্না ইক্ক মাইথঙদব চাক-ঈশিং চাদবা নুমিৎ চুপ্প লোন্না কপ্পুনতা নৈ। অদুগ নহাকনা ঐগী থম্মোয় অসিবু নুংনা শাবনি হায়না খ চুমভ্রনে ?

দুর্গা—নত্তে নত্তে।

সদাশীব—মখোয় মচিন-মনাও অনি অদু ঐগী থবাককী য়েৎ-ওই হৃমদাংগী শরুনিনে, মীনা ভাংনিংবমথৈ ভাংজনদু ঐ খংই মখোয় অনিনা ঐগী য়াম্ন পাকহনগদৌরিবনি। অদুগা য়েং দুর্গা অজয়গী শাজং অসি য়াম্না নিংথিনা হোংলকখিগনি শোইদনা হোংলকখিগনি।

দুর্গা—ঈশ্বরগী থৌজান্দগী নহাক্না হায়রিবা অসি শোইদবা ওইসনু

সদাশীব—অদুগা ঐগী বিজয়দি অফাওবা ডাক্তর অমা ওইরক্কনি অদুগ থুঙ্গংগী সেবা তৌগদৌরিবনি। মীয়াম্না মাবু থাগৎনরব খিগনি। খওলবরা দুর্গা বিজয়না ঐগী পুন্সিগী আশা পুম্নম অমসুং মঙ মহৈ য়ানহনগনি।

দুর্গা—অছুবু মখোয় ওসি লাকনি হায়রবিবু কনাগী তাবিবগে ?
বিজয়দি চিঠি অমতঙ্গু ইরক্তে, অঙ্গম্বু থাউ অমতা……।

সদাশীব—লখীদা ওঝা হরেন বাবুগা থেংনৈ, মাম্নু ঐবু উনবা লাক-
লম্বইখিদি ওসি নুমিদাংবাইরম নয়েনগী চিঠি ফংই মহাক
অকোনবগী চেংশা থুংওম্নি অছুগা মচিন-মনাও অনিম্নু
লোয়নরক্লগনি। অছুগা অসোমদনা ঐগোম্না বাম্বি।

দুর্গা—ঐনা কালিমাই ইমা ইবেমথু লেপলিবনি কম্নিওবা মখোয়
মচিন-মনাও অনিবু শোইদনা মৌরক্লবদি পূজা কৎকে
হায়না।

সদাশীব—হোয় য়াম্না নিংথিনা পূজা কৎকদবনি। চৎলো চৎলো
চাক-ঈশিং থোংনবা থৌরাং তৌরক্লো।

দুর্গা—অহুবু স্নমিং চুপ্পা কোইচৎ চত্তুনা লৈবনা য়াম্না ব্রাক্লরিল্লি,
হকচাং শেংদোকপিরগা করিনো থয়দং চাননবা তৌবিয়ু
( চংখি, জামিনি লাকই )

জামিনি—কদায় ডাক্তরদি ?

সদাশীব—করিনো জামিনিয়াবু নুমিক্লাং অথেংবক্লিক্লা হকচাং ওমক্ল-
বরনে ?

জামিনি—হকচাংবুরা ? ( হৌনা নোক্লুনা ) হেন্না ডক্তর নংগী মনারা
ওইনা লাকপা নওেনে, নংঙোন্দগী ফংগদৌবা লৌগে হায়না
লাকইবনি। থা অমদা লুপা কয়া য়াম্না লৌশিনগ্রবা হায়বছ
কাউরবরা ? য়েংওই ডাক্তর! নংগা মরি মতা ওইনিং-
বদগী চিংনবা লৈওনা নংনা হায়বা পৈশা। পুমযক থুদক

খুদক্কা পিবনি। ফরে অদুগী বাশি তোক্লসি বিজয় লাকদবা কৈদৌউৈনো ?

সদাশীব—ঙসিগী অকোনবগী ট্রেন্দা য়েরক্লগনি।

জামিনি—হয়েংগী নুমিদ্দা তাঙ্গা অমা য়েংলগা ঐখোয়দা ঙাইহাক্কা য়েরকউ হায়বিয়ু। কুইরে মশক উদবা।

সদাশীব—হায়গে।

জামিনি—মাগী লুহোংবগী বাফম অদুদু লোইশিনগে হায়না নিংলে ডাক্তর। ঐখোয়গী নুপিমচাগী চহিদু নোংম নোংমগী হাপ-চিল্লক্লিবনিনা থিদ্বনা অসি কয়া পামদ্রে। ঐবু পোকপা ইমানা নিতিমক্কি ঐঙোন্দা তকশিল্লক্লিবনি মানা শিদ্রিঙৈসিদা মন্ত নুপিগী লুহোংবা উজনিংই হায়না অদুগা নংগী নচা বিজয়গা ঐগী ইচানুপি কনককা অহোক্লা পকনগনি।

সদাশীব—জামিনি বাবুনা খংবিরিবদুমঙাই, ঐগী বিজুগী লুহোংবদি লেপ্পদুনা লোইগ্রবনি।

জামিনি—অদু ওরবসু মসি পুম্নমক অসি লুহোংবগী মরমনি মদু কায়নবা হোংনবদা কয়া কুইনা চংগনি চুমদ্রবরা ডাক্তর? মরম অদুনা ঐনা হায়নিংবদি বারোইপোৎ পুদুনা লোইশিন-হৌবনা ফগনি হায়না খল্লি।

সদাশীব—মদুসু লোইনগ্রবনিনে জামিনি বাবু।

জামিনি—[ অঙকপগা লোয়নন। ] ঐগী ইচা নিঙোনগী বারোইপোৎ পুববু ঐনা খংদবা, নহাক্তসিবু ঐঙোন্দা করেম্নরিবরনে ডাক্তর ?

সদাশীব—অদোমদা ঐ করিমত্তা করেমনজদে। অদোমনা তাবিরমদবা য়াই, কল্যাণীগা বিজয়গা লুহোংবসি লেপনগ্রবনি। অদুগীসু মথক্তা ঐহাক্না খংবদা মখোয় অনিসু লুংশিনৈ।

জামিনি—মদুসু ঐগী ইনাকোংদা মরক মরক্তা য়োরকই, অদুবু ঐনা থাজদে। ঐনা খল্লিবদি সদাশীব ডাক্তরগী য়ুমমক্তদা অসি-গুম্বা ওইথোক্তবা থবকসি করম্না থোকইবনো। নংগী কোক অদুবু থাখন য়াওদ্রবরনে ডাক্তর। মমা-মপা নৈত্রবা মুপি মচা অদুবু য়োকপিরিবা অদুনদুম হেমনগ্রে। মাবু নংগী নমৌ ওইবদা মতিক চাত্রনে। তাবদা হঙ্গেইবা থানি, মীনা তারগা করি হায়নগনি। অদুগুম্বা মথোং চাদবা থবক তৌগনু ডাক্তর, অদু লেপনগ্রবসু অমুক থুগায়বদা কয়া কুইনা চংগনি। নচানিপাগী তুংদা করি ওইরক্কনি করি থোক্লক্কনি করিমত্তা থাখল তৌদ্রবরনে! ঐদি অওইবা হায়রিবসিনি ডাক্তর! ঐদি বিজয়গী আশাতনা নঙোন্দা শেল অদুক য়াম্না পুবা পিরিবনি। নহাক অদু খঙদ্রা ?

সদাশীব—অদুনবু ঐনা অদোমদা অমুক য়াম্না নোঙ্গরিবসিনি। অদোমগী শেল পুম্নমক ঐহাক দেশা উপায় তৌদুনা শিংজগনি ইচাদু য়োম্হোকপদি ওমজরোই। অদুগীগু মথক্তা কল্যাণীগী নৈখিদ্রবা মমা-মপাগী মফমদা মতম অমদা ঐনা থাশকগ্রবনি।

জামিনি—কৈল্যাণীগী অফ-ফত্তগী দায়ী পুম্নমক ঐনা পুরবদি।

সদাশীব—মদুগী অর্থ করিনো ?

জামিনি—ঐগী ইচাসুপা পশুপতিদো কল্যাণীগীদমক হাওদুনা লৈ হায়না তাই। মান্না মমাদা তকইবদি কৈল্যাণীগী মাগা লুহোংনি-দ্রবদি ছ চাদুনা শিগনি। হৌজিক কালগী অঙাংশিং অসিগী মাথক অসি ওন্থোকপনি। ( হৌনা লোকই ) মাশি তোক্লগি থেংগ্রে চৎলগে অদুগা ঐনা হায়রিবা বা অসি অমুক্তংদি খঙ্গদুনা ম্যেংউ ডাক্তর, নংগী কল্যাণীগীসু উপায় অমা ওইগনি অদুগা শেন্দোনগী অবাবসু কোকনি। ঐনা হায়রিবা অসি য়াদ্রগদি নংগী অবাবগী অয়োই অঙম লৈররোইদবনি।

( চৎখিবা )

( মশা চোকথবগা লোয়ননা সদাশীব ডাক্তর খানাগী মাঙ্গোন্দা কমদুনা লৈ কল্যাণী লাকই )

কল্যাণী—পাস্তিহন!

সদাশীব—করিনো ?

কল্যাণী—ইমুংদা লেংশিল্লসি, হকচাং শেংদোকপিরগা করিনো খরদং চানবা তোবিয়ু।

সদাশীব—ঐ ঙাইহাক লৈরগা চংঙকে, ঙসিদি কোক অসি ওন্থোক্লা লুমগ্রে।

কল্যাণী—ঙলি অমা তংবিগে হায়বরা ?

সদাশীব—ঙাইহাক পোখারগা মরাইনা কজশিগনি।

কল্যাণী—মহু ওইরগা মপানগী অইংবা মুংশিং অসিদা ঙাইহাকং পোখাবিনবা অরাম চৌকী থাজগে।

( অরাম চৌকী থাই, সদাশীব মচুদা পোথাই )

সদাশীব—মখোয় মচিন-মনাও অনিমক ঙসি য়ৌরক্লগনি।

কল্যাণী—ইমাবোক্লসু অচুম্বা হায়। পাজিহন কোক অহু ঙাহাক্কুং নমজৌ হায়বরা ?

সদাশীব—য়ারনি, ঐ ঙাহাক তুমিল্লা হিপ্তুনা লৈগে নহাক চাক ঈশিং থোংবা অহু কদায় য়োরবগে য়েংঙু, মখোয় য়োক্কদবা মতম ওটশিল্লক্লে !

( কল্যাণী নিংজিং মাংজিংনহুনা লেপতুনা লৈবা )

সদাশীব—কৈদৌরে লেপতুনা লৈরবদি ? নঙনা হায়গে নিংলিবহু করিনো ?

কল্যাণী—পাজিহন শাওবিরোইদ্রা ?

সদাশীব—নত্তেনকে, নঙোন্দবু ঐনা কৈদৌঙৈ শাওগ্রবগে ? নংনা হায়নিংলিবা অহু হেক্কা হায়রুনে।

কল্যাণী—পাজিহন জামিনি মণ্ডলগী ৱাচু য়াবিবনা কৈ ঐগী ৱাখল খনবিরুনু। দাদা বিজয়গী তুংগীসু খরা খনবিহু। কনক হায়বি অহু মশক থোইনা থিবী নত্তে, লাইরিকসু হৈ।

সদাশীব—অঙাওবিসিদি, মহু কৈদৌঙৈদসু ওইথোকলরোই সদাশীব ডাক্তর লায়রবা অমা ওইবদি য়াই অহুবু হায়দোকথিবা ৱাদি হোংবা মী নত্তে, মসিগীদমক নং করিমতা খল্লুগনু, চৎলো চাক ঈশিং লোইরবরা য়েংউচো।

( কল্যাণী চৎথিবা, সদাশীব য়াম্না চোকথনা অরাম চিয়ারদা হিপ্তুনা লৈবা ঙহাক লৈরগা দুর্গা লাকই; মাঙ্গোলদা কমলগা লাংতক্লবগা লোয়ননা লমজাওরোমদা য়েংহুনা লৈ,

অম্রাপ্রদম্থু খাঁশী খোংবগী মখোল তায়। অহিং অহু ফন খেংজিল্লক্লে সদাশীব ডাক্তর উইখরক্লে, ডহাক নৈরগা অজয় তপ্না তপনা চংলকই দুর্গানা চেনখোকতুনা মচাবু কোমবি, অজয়না মমাবু থুরুমই।

দুর্গা—নংদি না-য়েক্কেদনা, করি শকফমমো নংদি ওখোক্না ময়েং তানা উরেদা।

অজয়—( নোকতুনা ) মহু মমা ওইবিগী থম্মোয়ননি। লমথাংদা থেংনরকপা মী মখৈনদি হন্দক্কি নোয়রে হায়নৈ।

দুর্গা—মহু মখোয়গী মিৎয়েং লানবননি হায়য়ু বিজয়দি কদায়দা নৈ। ( সদাশীব তহা তহানা লেপখংলকই )

সদাশীব—কনানো অজয়রা ? নখোয় ময়াম য়োরক্লবরা ? হকচাং অসি ওহোক্লা ঙমখিদ্রে, ফমনা ফমনা উইক্রমালে ঐদি।

[ অজয়না মপাদা থুরুমই. সদাশীব মচাহু নানবি ]

সদাশীব—হায় অঙাওবা শাওবা ফরবরা ? নংনা ঐনা চৈবহুদা শাওই, অহুগা ঐগী থম্মোয়গী অবাবদি খংদে।

অজয়—বাবা ! মতুং মনাওদি বাবানা হায়বা থক ইন্দবা তৌজররোই।

সদাশীব—ঐ খঙই নখোয় সদাশীব ডাক্তরনা পোকপনিবে তারবরা দুর্গা ঐগী অজয় বিজয়। ( অজয়দা ) বিজু কদায়দা চৎখ্রে বিজয়····।

অজয়—( হায়ঙমদনা ) দাদাদি লাক্কে।

সদাশীব—করিগীনো ছুটি ফংদবনরা ?

অজয়—কলেজগী ছুটিদি থারে।

সদাশীব—মতু ওরবদি……? পরিক্ষাদি হয়েংত মঙাইরে। নত্রগা মাবু মশা ঙমদবনরা?

( কল্যাণী থোরকতুন লেপলৈ )

অতু ওইরবদি করিগীনো মানা লাক্লিবগী মরম করিগীনো? নহাক্না খুমদনা তুমিন্না লৈরিবনা করিগীনো অতুগা ঐনা তারিবা অসিনা করিনো করিগী খুমত্রিবনো অজয়? ঐনা তারিবশিং অসি অচুম্বরা অওইবরা?

দুর্গা—তাবিরিবরা হকচাংগা ঙমদবতুদা পুক্নিং লাংতক্ষবিগনু অমুক্তা পোৎথাবিয়ু।

সদাশীব—নত্তেনত্তে ওইথোক্তবা বানি, ঐগী বিজয়না অরেম্বদা মাঙগনি হায়বসি ওইথোক্তবা বানি। ঐগী মঙ অরেম্বদা মাংবা কৈদৌঙৈদসু ওইরোই। ঐহাক চৎকনি……ঐহাক ইশা-মক কলিকতাদা চৎলগা মাগা উনগনি অতুগা পাউ পুরক্ক লোগনি।

[ মখবাক্তা মথুৎ পায়তুনা লাওরকই, মশক অতু তাইফেৎ তাইরকই, ময়ায়া কৈদোরে কৈদোরে হায়তুনা চেনশিন্নরকই ]

সদাশীব—থবাক মখুং অসি য়ায়া নারে, থম্মোয় অসি ছুরিনা খিন-বদৌনা য়ায়া নারে আ……আ……।

[ সদাশীব তুথরকই ময়ায়া কোন্দুনা পুরগা অরাম চৌকিদা হিপহল্লি ]

***Light off***

## অষ্টমশুবা অঙ্ক

## অহুমশুবা উৎপা

ডলিরায়গী দ্রোইং রুম; মতম—নুমিদাংবাইরম।

"ডলিরায় ফমহুনা লৈ, প্লাবন মচিন্দা চুরুট অমা চুপ্লহুন হঙ্গং হন্দা চৎলি, মরক মরক্তুস্ ডলিরায়গী মনাক্তা ফমই'

প্লাবন—থংলবরা মিশ রায়, দ্রমাগী জগৎ অসিদা ঐহাক্না ওহোকপ অঙকপা ফংলবা ঈহৌ অমা হোৎনগে খল্লি। I am definit হায়বদি মরম অসিদা ঐহাক শোইদনা succesfull ওইগনি নাতৈ চাদবা" অদোম্না ঐবু Heartly Support তৌবিরিবদি তৌবিগদ্রা ?

ডলি—করিগী Support তৌদদগে, Rehearsal দবু ঐগী Sincerity বাৎলবরনে ?

প্লারন—নাতৈ চাদবা' করিগী বাৎলুগদগে, অহুন্নদি ওইরবদা রোমান্টিং সিনশিংদদি খন্না বাৎকদ্রা খল্লি। তৌববুদি তপ্না তপ্না পুন্নমং চুমথোকপা য়াগনি। রিহার্সেলদি খরা তোয়না তৌবা তাং অহুগা মতমস্থু খরা চংগনি নত্রবদি Perfact ওইবা ঙম্রোই

ডলি—বারৌবিরোইদবা লৈরবদি করিগুম্বা অমতা হায়জনিংই প্লাব বাবু।

প্লাবন—তাকপিয়ু।

ডলি—মতম শাংনা Rehearsal তৌবা তারবদি শেলস্থু খরা হাপকং পিবা তাই মরমদি অতোপ্পা রুবকী Rehearsal দা effect

ভৌগদবনিনা, অহুদা নতুনা মুমগী তারামু।

প্লাবন—মিশ রায়, অদোমদি য়ামা হেজিন্না Professional ওইবিরকরে নাতৈ চাদবা।

ডলি—প্লাবন বাবু ঐগী Profession দি অসিতনি।

প্লাবন—নাতৈ চাদবা' অহুবুদি থংই, অহু ওইরবসু অদোমগী মাইকৈদগী ব্যবহার আশা তৌজরিবনি। মহু পুমমক তোক্লসি মহুগী মরমদা য়ামা চিংনবিহুনা পংথন থহুবিরুগনু। You can rely upon me হৌজিক ড্রামাহুগী মরমদা থরা থরশি।

ডলি—তাকপিয়ু, হোয় অরুবা বানি। হেরো হেরোইন নত্তনা অতোপ্পা Charactor থোইনা হাপচিনবিগদবা লৈত্রেদনা।

প্লাবন—নাতৈ চাদবা ঐ অতোপ্পা মাওহনজরোই, মী য়াম্বা হায়বসি লু কোকপদা লেন তাবনি।

ডলি—( নোক্না ) অদোমদি য়াম্না জিলাস ওইবিরে।

প্লাবন—নাতৈ চাদবা, হায়রিবা ইংরেজিদো লাক্লে মিশ রায়। জিলাস নত্তে জিনিয়স হায়বনি।

ডলি—মিয়েলি।

প্লাবন—নাতৈ চাদবা।

ডলি—ড্রামা অসিদা রোমান্টিক সিনবু ওথোক্লা য়াম্না য়ামথ্রেনে, মরম থরদদি ওহোক্কগ হেনজিন্না উই।

প্লাবন—আলট্রামর্দান অ্যাডালটস অনলি। অহানবা সিন্দা ইবনিনা মৈ হেক ভাহোরকপগা চাওখ্রবা ঔথক অমা পুশিনগদৌরিবনি মিশ রায়, নার্ভাস ওইবিবা য়াদে। নাতৈ চাদবা "নাতৈ

চাদবা" [ লাংতক্লবগা লোয়ননা চুরুট থক্ল, থক্লা হক্লং হল্পা চংলি ]

প্লাবন—মহুদা করথা মথলগী ড্রেশ শেংপিগদগে থংবিরবরা ?

ডলি—থংজদে।

প্লাবন—নাতৈ চাদবা।

ডলি—করিনো হায়বিরিবা অহুবু নাতৈ চাদবা ড্রেস হায়বিরিবরা ?

প্লাবন—নাতৈ চাদবা, থুমুংগী মীনদি অহুম হায়না হায়নরকনি। মনাতোন শুগংলহুনা ওয়োক্লা ফজথিদ্রে হায়গনি। অহুমদি ওইরগা মথোয় লোয়দি য়েংনিংগনি। সেক্সি, হাফ নেকেড ড্রেশ Oh beautiful ! নাতৈ চাদবা।

ডলি—ঙাকপিয় প্লাবন বাবু! অতোপ্পা হেরোইন অমা থিবিবো, ঐ মহু ঙমজরোই।

প্লাবন—নাতৈ চাদবা, Please Miss Ray. মহু তৌবিদবা য়াদ্রে, পুক্লিং হম্ববিগমু হয়েং তুং ফাওবদা মীনা নিংশিংনবা তৌদবা য়াদ্রবনি। ড্রামাগী ইতিহাস্তা ইবনি অমম ওইহুনা লৈহোরগদবনি। নাতৈ চাদবা থংবিরবরা মিশ রায় হৌজিক্কি যুগ অসিদদি হাফ নেকেড ড্রেশ অসিনা মীয়ামগী Atraction য়ায়া হেজিল্লবনি। নাতৈ চাদবা।

ডলি—অদোম্মা লেকচর ফন য়াম্না তৌহুনমু অহুগুম্বা অমোংপা থবক অহু ঐ পাংথোকপা ঙমজরোই প্লাবন বাবু।

প্লাবন—নাতৈ চাদবা, Please Miss Ray ঐগী নিংজবসি কায়হনবিগমু। ফয়ে ভেংশকি মতাং অসিদি অদোমগী পারমিসন লৌরগা লেপ্পরসি। হৌজিক্কি য়াবিরেদনা [ ডলি তুমিন্না লৈ ]।

By the By ওরাং অহিং অনৌবা আইদিয়া অমা থোক্লকই।

ডলি—করি অনৌবা আইদিয়ানো ?

প্লাবন—নাতৈ চাদবা, ফার্ষ্ট সিন, কমপ্লিটলি সাইলেন্ট, নো মিউজিগ, নো ডাইলোগ, ষ্টেজগী তংথাই অমনা পুম্মম মথা, তথাই অমনা পাইবা অঙাংবা লাইটকি মঙাল। ষ্টেজগী ময়াই চবুকমক্তদা থৌরি হাইবি অমা য়াম্লুনা লৈগনি।

ডলি—থৌরি হাইবি হায়বা ? ষ্টেজগী ময়াইমক্তদা মতুগী মতুংদদি।

প্লাবন—হোয় থৌরি হাইবি অমা, মতুগী মথক্তা ঐগী হেরোইন অদু ফমহুনা লৈনি, মহাক্না শেংকদবা ফিজেত্তি [ডলি মখিং চাগ্লে] ফরেদা ড্রেশকি বাশি কোম্না থম্নরসি। হেরোইন থৌরি হাইবি মথক্তা হাইতুনা লৈগনি, অমম্বদা অমুক অঙানবদা অমুক মিনিট অমা, অনি, অহুম বস ! লাইট ওফ স্কিন। অঙকপা ফংনা ফজরোইদ্রা ? নাতৈ চাদবা।

ডলি—মতুগী অর্থদি।

প্লাবন—রাখন থনবা হৈবা মৌশিংগী রাখন থম্নবা। থংবিরবরা মিশ রায়, অসিগুম্বা অসি তুকান্দা ফংবা পোং নত্তে, নাতৈ চাদবা, হেরোইন্না থৌরি হাইবি মথক্তা মিনিট অহুম ফম্লিবহু থংবিরবরা মিশ রায়।

ডলি—থংজদে।

প্লাবন—নাতৈ চাদবা, মসিনা তাকপদি নুপিগী থম্মোয়দা হৌরিবা ঈথক অতুগী মমিনি।

ডলি—হাইমা : ( ডলি থংহৌদনা হোগৎতুনা কোইলৈ লৈবা )

প্লাবন—নাতৈ চাদবা করিনো তৌরিবহুবু।

ডলি—তাব তাবিদ্রা ?

পলাবন—ভাজদে।

ডলি—অদোমগী লেকচর তাবদা কোক অসি ঙাওরে, মসিনা তাক্লিবদি কোক ঙাওহুনা লৈরিবা।

পলাবন—( শাওগৎতুনা ) নাতৈ চাদবা, নাতৈ চাদবা, ঐবু করেম্ন-বিরিবরা মিশ রায়, ঐহাকি ড্রামা য়াওবিনিংদে হায়রগা শেংনা হায়দোকপিরগা লোইরে। ঐগীসু মতমগী মমল অমা লৈবনি।

ডলি—অমুক্তা য়েংবিয়ু, খংহৌদনা অদুক য়াম্না শাওবিরিবা করিগীনো, অদোমগী লীলা য়াওরোই হায়বদি ঐ হায়জখিদেনা অদুগা অদুক য়াম্না মোৎপা থবকশিং ....।

পলাবন—নাতৈ চাদবা, Good Night. অদুগা মসিমদি পুক্লিংদা নিংশিংবিয়ু মিশ রায়, চাক লেমলবদি কাক্কি অবাৎপা লৈতবনি।

ডলি—অদুবুদি খংজৈ, অদুগা প্লাবন বাবু চাক লেমত্রবসু কাক্কি চিঙ্গাক বাৎপা লৈতবনি।

পলাবন—নাতৈ চাদবা [ চুরুট মতেক অদু হন্দোক্লুনা য়াম্না থুনা চৎখিবা]

"ডলি মথক্তা খমুরগা নোকনিংদুনা সোফা মথক্তা থরো থরো ওন্দুনা লৈবা"

ডলি—মিন্টু! ( মিন্টু চংলকই )

মিন্টু—করি হায়বগে ইচেবেম্মা।

ডলি—ঐ হকচাং কয়া ঙমদে, কনাগুম্বা ঐবু উনগে লাক্লবদি চংহল্লকনু হলহনখো।

মিন্টু—কনি ইচেবেম্মা!

[ ভমি কা মমুংগী চংখি, মাবম্না হম্বোক্লগা চুরুট মতেক অদু থুদুনা থকই, তপনা তপনা ঈশৈ শকই। অহাক লৈরগা রুপকুমার চংলকই ]

রুপকুমার—হলো মিণ্টু, করম তৌরি ?

মিণ্টু—মুংঙাইজরি।

রুপকুমার—শকপু য়াম্না ফজরমলেনে।

মিণ্টু—চানবিহনা অদুক মুম্না য়েংশিনবিরকনু। করি থবক্তী লাকপিবনো হায়বিম্ন।

রুপকুমার—বা-বা, নংমু য়াম্না পোংঙমমেনা। নখোয় ইচেবেম্না কদাই চৎখ্রে, অমুক্তা কৌথোরকউ, অরুবা বা অমা লৈ।

মিণ্টু—ইচেবেম্না মুমদা লৈতে।

রুপকুমার—শোইদনা লৈরমগনি।

মিণ্টু—ঐবু মীনখা হায়গদরা।

রুপকুমার—হোয়নে ইবুংঙো নংনা হায়জিন্নিবনি। থবা থুনা অমুক্তা কৌথোরকউ।

মিণ্টু—ঐনা হায়রিবনি অচুখনি, ইচেবেম্না মুমদা লৈতে।

রুপকুমার—উম চুমই অতিংবা খুদোঙ্গিদগি পি পকপা হোনদে (ফুরিৎখাও-দগী লুপা অমা লৌথোক্লগা ) শে মিনটু লুপা অসিমা করি করি চাও। [ মিণ্টু হরাওনা লৌই ] চানবিহনা নখোয়গী ইচেবেম্না অদু অমুক্তা কৌথোরকউ ঐবু বাহন্নগনু।

মিণ্টু—য়েংঙুখিগে, হোজিক্কি ইচেবেম্মক্তু হন্নরুবমু য়ারে।

[ মমুংগা চংখিবা ]

রুপকুমার—ইমাইপেম্মা মকম অসিদমু থুম !

[ সোফাদা ফমদুনা চুরুট থকই ওহাক লৈরগা ডলি থোয়কই ]

ডলি—করি থবক্তিনো ?

রূপকুমার—( লপথত্তুনা ) নমস্তে মিশ রায় ।

ডলি—নমস্তে ফদ্দীয় [ মাস্থ ফমই ]

রূপকুমার—ঐবু মুম্না খংবিত্রবরা মিশ রায় আ ··· প্রাবন চৌধুরিগী ক্লবতা ··········· ।

ডলি—Oh ! yes নিংশিংজরে । অদুবু ক্লব অদু থাদোকপিরগা তোঙানবা ইশাগী ক্লব অমা শেমগৎপিরবরা ?

রূপকুমার—Exactly.

ডলি—প্রাবন বাবুগী ক্লব থাদোকপিরিবদি করিগীনো যোট তিন্নবিত্রবরা ?

রূপকুমার—মহূগী মরম ওহোক্না য়ামখ্রে. মরম অদু ওগাইনা হায়বা য়াদে । মহাক্না ডিকটেক্টরসিপ লৌনিংবদগীনি ।

ডলি—তৌববুদি মানা ইবা ড্রামা অদু ফন কজৈ হায়না থল্লি ।

রূপকুমার—বোগাস অঙাওবা মথাগী চোইরোলনি । অদুবু মানা হৌজিক মতমগী ড্রামানি হায়দুনা সমাজদা উৎথোক্লিংই । মদু মীনা য়াবা নত্তে. শয়া হায়রবদা হৌজিক কালগী ড্রামা কদাইবু কৌবগে হায়বদু ঐনা পুথোকচগদৌরি ।

ডলি—অদোমমু ড্রামা ইবীবরা ?

রূপকুমার—হোয় থর থর ইজৈ অদুবু মিংদি লোৎচৈ ।

ডলি—অওইবরা. অদোমা বারোবিয়োইদবা লৈরবদি অদোমগী অরোৎপা মিংদু ওহোক্না খংজমিংব্রেদা ।

পকুমার—নত্তে নত্তে অদোমদা থংহনবদা করিমতা কাইদে "মৃত্যুৎ দৃত" হায়রুনা মিং লোত্তুনা ইজবতনি।

ডলি—লাইরিককৃদি ছাপা তৌবররবরা ?

পকুমার—হৌজিকমক্তি ছাপা তৌজদ্রি অহুগা ফক্ষ ফরবা ড্রামা কয়াসু ছাপা তৌদনা নমহুনা লৈরি। ছাপা তৌহনা ফোংদোকপা কী, হন্দক মরক অসি য়ায়া তৌরিনা ড্রামাগী প্লোট অসি হুরায়ম্রে।

ডলি—চুমই, ঙসিদি ঐ অথুবা থবক অমা লৈজরে, Kindly.... ।

পকুমার—I am sorry ঐগী হায়গদবা অহু য়ায়া শমা হায়জরগে।

ডলি—তাকপিয়ু।

পকুমার—ঐখোয়গী ক্লবতা ঐনা ইজবা ড্রামাদা অদোমবু Heroine কুমহনজনিংই।

ডলি—য়ায়া কৈ কুমজগে, অদোয়া ইবা ড্রামগী মমিংবু করি কৌবগে ?

পকুমার—ঐগী ড্রামা অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা অনৌবা টাইলদা অহ অহমগী লালানি Charactor শিং অহু অমতা ওইনা তৌই। টাইল কয়া ফজনা ইজবগে হায়ববু অহ অহমহু পুনশিল্লগা মপুং ফাবা ড্রামা অমা ওই।

ডলি—ওহোক্লা ফজবা আইডিয়ানি।

পকুমার—মমিংশিং অহুনা অমুক্তা হেল্লা ফজম্রে।
অহানবনা "ঊশা অমদা উচেক অনি"
অনিশুবনা "নিংদি নিংবা পাংথোকপদি ঙমদবা"
অহমশুবনা "চংনম্রবা থুজং অমগী মুমিদাং"

ডলি—মহুগী মপুং ফাবা ড্রামাগী মথিংনা করি ওইগদৌরিবা?

রূপকুমার—মঙাল লোমপ্রবা তুমিৎ। ফরে ঙসিদি ঐ চৎচরগে অদো য়াম্না চোকথনা উরে। হয়েংমুক অমুক্তপা লাকচখিগে অহুগ মরম পুন্নমক ফাইনেল তৌজরগে। অহুগা হন্দক মর অসিবু বিজয়বু ইলাক লাক্তবরা?

ডলি—করিগীনো অমুক্তা হায়বিয়।

রূপকুমার—মহাকপু শুকচং চংহনবিগনু মিশ রায়। মহুগী অঙাং অ পুমমাং মাংলবনি। ফরে, চৎচরগে বাই, বাই! ( চংখিবা

ডলি—মিনটু! হো মিনটু!

মিনটু—( মনুংদগী ) লাকচরে ইচেবেম্মা। ( থোরকই )

ডলি—ঙসি চিঠীকা লাক লাকপ্রা?

মিনটু—থোইদোকপা লাক্রে।

ডলি—করি তৌরবনো ভাব তাদ্রেদকো। ঙসি চয়োল অমা ফারব ফাওবা পাউ অমতা তাবা ফংদ্রে করি ফত্তবা থোক্লবনো মিনটু নহাক থবক অমা তৌ।

মিনটু—তাকপিয় ইচেবেম্মা!

ডলি—নং মপান্দা ফমত্তুনা লৈয়ু। করিগুম্বা চিঠিকা লাক্লগা ঐবু কৌরকউ। অহুগা কনাগুম্বনা ঐবু উনগে লাক্লবা অহুম হলহনখো।

[ বিজয় য়ু ঙাওতুনা চংলকই ]

বিজয় হলহনবা তারবদি পুন্নমক হলহনবা তারবরা ডলি?

[ মিনটু হাইফেৎ নোক্লমলগা মপান্দা থোকখি ]

ঐদি কৈদৌঙৈদস্থ হন্দুনা চৎলোই। ঙসিদি নংগী বা অমতা তাররোই ঙসিদি ঐ অসিদা লেকনি, ঐ বাশকতুনা লাক্লবনি ডলি! নহাক ভাব তাৱবরা?

ডলি - বিজয়!

বিজয়—Yes, My Darling

ডলি—ঙসিস্থ নং য়ু থক্কুনা লাক্লবরা?

বিজয়—থজিক্কনিদা, নোরোক তাগে নংগী নশা পায়তুনা হায়রিবসিনি, থজিক্কনি। নংনা খংগদবা লৈরে ঐ করিমতা ঙাওরোই। ঐবু বুদ্ধি য়াওদ্রবা মী অমা ওইনা থনবরা? হৌজিক কালগী ভদ্রসমাজদা য়াম্না চৎনবা পোৎ অমনি মসে। মসি থক্লগা ঙাওশিন্নগদবা নত্তে।

ডলি—অদুক য়াম্না ভাব তারবদি অহুগুবা ফত্তবা চিন্তাক অহু করিগী চারিবনো?

বিজয়—করিগী থকইবনো, করিগী চারিবনো খংদ্রা? নংগীদমক্তনি। I mean নহাকপু ফংলবা ফাওবদা ফংদবগী অৱাবা অদুগা……।

মিনটু—( চংলকই ) ইচেবেম্মা?

ডলি—করিনো?

মিনটু—টেলিগ্রাম অমা লাকই।

ডলি—( চিংনবনা থক থক নিকনা হৌগৎলকতুনা ) টেলিগ্রাম!

মিনটু—হোয়, পিয়ন লেপতুনা লৈরে।

ডলি—চৎসি লাকও ( থোকখিন্নখি )

বিজয়—মোংগী মচাগী পিয়ন অসি অতৈ মতমদদি লাকপা য়াত্রগুমদন ওথোক ওথোকপা। ( চুরুট চমই )

[ বিজয় চোকথবগা লোয়ননা সোফাদা ভাহুনা চুরুট ওং ভহাক লৈরগা ডলিনা লাওনা কপলকপগী খোঞ্জেল তা বাহুনা লৈমাইদা তুখিবগী খোঞ্জেল তাই, মিনটুনা ইচেবে ইচেবেম্মা হায়দুনা কৌরি ]

বিজয়—করিনো তৌরিবা অসিবো, ও! ড্রামা রিহার্সেল তৌরিমা ওথোক ওথোকপা।

মিনটু—( থুনা চংলকতুনা ) বাবু য়াম্না থুনা অমুক্তা লাকশিনু। ইচেবে বাহুত্রে। হৌজিক ফাওবা লেপতুনা লৈরিবসিবু কৈদৌরব বাবু।

বিজয়—করিনোনে নংনা হায়রিবসিবু মিনটু চংলু।

[ থোকমিন্নখি ]

( ভহাক লৈরগা মিনটু বিজয় অনিনা ডলিবু শমদুনা পুশি লক্লগা সোফাদা হিপহল্লি, ডলি মখুত্তা টেলিগ্রাফকি চে অ কম্না পায়রকই )

বিজয়—( নেশা খর কোকলক্লে ) করম হায়না তৌবদগীনো মিনটু

মিনটু—টলিগ্রাম অসি পারুবদগীনি বাবু। করম তৌনিংদি? ডাব কৌগদরা?

বিজয়—করি করম তৌসিগে মিনটু? ঐ কোকসি ইভাও ভাওরে ওথোকপা হায়বদুনি। হায় জ্ঞান খর খর লাকপগুম তোরে ডলি! ডলি! ঐ অসিদা লৈ, নং ঈশিং খর থকেরা?

[ ডলি মকোক হাই ]

করিগীনো নংনা হোগৎলি-হুবো। Please ডলি! হোগৎকে লাক্লগনু।

[ মিনটু ইমুংদা চংখি, ডলি তপ্না তপ্না হোগত্তুনা ফমই ]

ডলি বিজয়!

বিজয়—My Darling, কমদোরে, থর ফরবরা?

ডলি—বিজয় নহাক চৎলো, মফম অসিদা অমুক লাক্লগনু।

বিজয়—( কপনিংবগা লোয়ননা লাওরকই ) ডলি!

ডলি—আ ……চৎলো।

বিজয়—নংবু ঙাওরবরা ডলি, ঐবু শক খংদ্রবরা? ঐ নহাক্কী বিজয়নিনে।

ডলি—হোয়, ঐ নংবু মুন্না খংই। নং বিজয়নি, নংবুনি ঐনা হায়রিবসে, নং চৎলো, ঐঙোন্দা নহাক্কি কান্নবা পুন্নমক লোইরে, ঐনা অমুক্তা হন্না হায়রিবসিনি নহাক চৎলো।

বিজয়—ডলি! ( মখুৎ পায়গে তৌই )

ডলি—ঐবু শোক্কনু।

বিজয়—[ খংহোদনা শাউদ্রনা ] নংবু শোকপা য়াদ্রবা? নহাক সতী লম্মিরা?

ডলি—বিজয় ( কপলকই )

বিজয়—নহাক্কি লৌনম পুন্নমক ঐ লোইনা থংলে শেলগীদমক্তা নংনা ঐবু শান্নপোৎকুম্না থনখনি। ঐবু নংনা মরম পুন্নমক্তা পুমমাং মাংহন্নগা ঙসি ঐবু মরি লৈনদরে হায়রিবা। ইস ঐহাক পুমমাং মাংলেদো। ( শাওবনা মশম ক্লোইরে ) ওম্বোকপনি ঐ পুমমাং মাংলেদো।

ডলি—বিজয় Please ঐবু অমুক্তা ইতোমতা ইংনা লৈহল্লু। ঐনা খুং লোয়্নহনা হায়জরিবা অসিনি নহাক হল্লো Please।

বিজয়—চৎত্রিঙৈগী মমাংদা মসিগী চপচাবা লমন খুমখিগনি অদুগা চৎকনি, নহাক্না অসুম হিংদুনা লৈরবদি ঐগুম্বা মী কয়া মাংলক্কনি অদুগুম্বা খুদোংচাবা অদু নঙোন্দা অমুক হন্না পিররোই।

ডলি—নহাক্না করি অমুক তৌগে হায়রিবা, ঐবু হাৎকে অসিনা। ফরে হাৎলু ঐ অবাবা কোকপ্রগে।

বিজয়—(অঙাওবগুম ফাক-ফাক নোক্তুনা) অদুগুম্বা লৌনম অদুনা ঐবু অমুক থেমজিনবা য়াররোই হিংচাবী নংবু ঐনা নখোরি মেতুনা হাৎকনি। [খংহৌদনা কল্যাণী চংলকই]

কল্যাণী—তা বিজয়! [বিজয় খংপ্রেক খংই]

বিজয়—কল্যাণী।

কল্যাণী—ঐবু শক খংবিরি।

বিজয়—নং অসিদা?

কল্যাণী—লাক্তনা লৈবা ঙমদ্রদুনা ঐহাক লাক্লিবনি। নহাক্না ঙাওদুনা অতোপ্পা মুপিগী মখোরি মেৎকে তৌবা অদুদা চেল্লকইবনি। হৌজিক ফাওবা লেপ্তুনা লৈরিবা করিগীনো? মাং থারো নহাক্কি লম্বিগী য়েক্লবা তিঙাং অদু হন্দোক্লমলে, চঙক্লনা য়েংদুনা লৈরিবা করিগীনো মুংশিরিবরা? হৌজিক ফাওবা নশাদা মুংশিবা পোক্লিবরা?

বিজয়—কল্যাণী ঐ পুম্নমক খংই, ঐনা তৌখিবা মহাপাপ অসিগী প্রাইচিৎ লৈত্রে, নংনা ঐবু অমুক্তা ঙাবউ নংনা ঙাকশিদ্রবদি

ঐহাক মপোক অনিমগী শাস্তি ফংলক্লোই।

[ বিজয় চৎকে তৌই ]

কল্যাণী—ঙাইখো, কদায়দা চৎকদৌরিবনো ? লম্বিদা অঙ্কয়গা তা মরেনগা ঙাইদুনা লৈবনি, ঐখোয় নংবু পুদুনা চৎকদৌরিবনি। ঙসি থা অমা ফারে পাজিহল নাদুনা লৈবা।

বিজয়—থংই অদুবু করম হায়না ঐনা বাবাগী মমাংদা শক অসি উৎলুবা ঙমগদগে কল্যাণি। নত্তে নত্তে ঐ শুকঙম ঙমজরোই, নখোয়না ঐবু ঙাকউ, নখোয়গী তা-বিজয় শিগ্রে হায়না খল্লো। (কপই)

[ ডলি কল্যাণীদা অঙকপগী মিৎয়েংনা য়েংদুনা লৈ, তপনা-তপনা চংশিল্লকুনা কল্যাণীগী মথুৎ পায়রগা ]

ডলি—অদোমগী মিংলা কল্যাণি ?

কল্যাণী—হোয়, মানি।

ডলি—বিজয়না য়াম্না তোয়না তোয়না অদোমগী মিং শোল্লি।

কল্যাণী—তোকপিরো, নমথাক তৌবগী কাম্বা লৈত্তে হিংচাবি ! নহাক থাঙ্গেশেংবা হিংচাবিনি।

বিজয়—মহাক হিংচাবি ওইবতা নত্তে, মহাক শয়তানিনি কল্যাণি। ঐগী পুন্সিবু মরু ফংনা য়াংহল্লিবসি শয়তাননি অসিননি। নহাক্না ঙসি মফম অসিদা লাক্লমদ্রবদি ঙসি শোইদনা মহাক লোইখোক্লমগদবনি।

কল্যাণী—হোয়, অকনবা নিপানিনা য়াম্না ফরবা থবক তৌরমগদবনি। হোৌজিক্তি মরম ওকপা অঙাং অমা ওইনা ঐগা লোয়ননা চৎলসি।

ডলি—ঙহাক্তা ঙাইবিখো। ঐহাকী পুন্সিগী বারি অসি কৈদৌঙৈদসু

কনা অমতগী মফমদা ফোংদোকপ্ৰয়োই।

খল্লম্বনি অদুবু ঐগী লাইবক থিবনা..." (কপই)

কল্যাণী—হায়বিরিবদুবু করিনো?

ডলি—ময়ায়া ঐবু নিংবা মতুংইন্না চৈবা মখৈ চৈবিরমলগা চৎথি-গদৌরে, ঐনা তুমিন্না খাংদুনা লৈহৌবা তারে। মরমদি মসি ঐনা ফংক্ষম থোকই। অদুবু ঐনা নোঙ্কা হায়জনিংবদি ঐগী বা অসি খরদং তাবিখো। ঐনা তৌগ্রিবা পুম্নমক অসি ঐগী অনাবা অশোনবা ইপূরোইবা অদুগী মথৱায় কন্নবগী-দমক্তনি

বিজয়—নংগী নপুরোইবা অশোনবা?

ডলি—মানি, টেলিগ্রাম অসি পাদুনা য়েংবিয়ু।

[ বিজয়না লাওনা পাই ]

বিজয়—**Your Husband is deed.**

[ ডলি লাউনা-লাউনা কপলকই ]

কল্যাণী—হায়রিবসিবু করিনো?

বিজয়—ডলি নহাকপু লুহোংলবা, নপুরোইবা লৈরবা।

ডলি—লৈরমই, পুম্নমক লৈরমই। অদুবু ঙসিদি ঐগী কনা অমতা লৈত্রে পুম্নমক লোইত্রে। (কপই)

কল্যাণী—নহাক্তী ৱা অদু লৌবা ঙমদ্রে, শেংনা অমুক্ত তম্ম।

বিজয়—ডলি!

ডলি—ঐখোয় অনি অহল-লমন্না য়াদনা লুহোংখিবনি, লুহোংলবা মতুংদা ঐখোয় অনি মফম অসিদা লাকই। ইবানি ওস্থোক্লা নুংঙাইরবা মঙ কয়াদা তাউদুনা লেল্লমই। ঐখোয় অনিমুক

নুংঙাইবা অসি সংসার অসিদা কনা লৈত মাল্লে হায়না খল্লমই, খংহৌদনা মাগী বাখলদা শেন য়াম্না তাস্লিংবগী বাখল অমা পোকলকই। ঐহাক্না কম্নারক হয়া খামজে অহূবু মানা ঐগী বা অহূ লৌবিখিদে। ঐগী মিংবা অপাম্বা পুম্নমক লোইনা থুংহনগনি হায়। ঐ পুম্নমক পেল্লে হায়রবা ফাওবদা মানা শুকয়া য়াখিদে, নহাক্না বানা লেনবা অসি ঐ য়েংবা ঙমদে হায়।

কল্যাণী—অহূগী মতুংদদি ?

ডলি—অহূগী মতুংদদি মহাক নোংম নেংমগী মশা অহূ অস্নুম অস্নুম শোম্বরক্লে, ডাক্তর য়েংহনসি হায়রবস্ থওইনা তাদে। মতম অহূ ফাওবা ইবানি নুংঙাইরবা আশাগী মং অমদা তাউহুনা লৈরমই। মতৌ করম তৌনা চহি মরি লেনখিবগে হায়বহূ খংহৌদে। নোংমদি লাইহো হৌনা হৌনা য়ুমদা হল্লক্লমই, মুমিদাং অহূদা ঈখেং ঙাক্না ওবা হৌরক্লে।

কল্যাণী—অহূগী মতুংদদি ?

ডলি—অহূগী মতুংদদি অবাবা কপ্পগী বারিতনি। হোসপিটালদা মাবু থাদ্রে, ঐনা মাবু কোশিন্দুনা থমলে, ঈশিং ঈচেনদৌনা শেল খর্চ তৌবা হৌরক্লে।

কল্যাণী—অহূগী মতুংদদি ?

ডলি—ডাক্তরশিংনা হায়রে, মাগী নাকল অমগী থবোম্বী অসি য়াদ্রে, হীদাক্না কাম্নররোই ওপেরেসন তৌবা দরকার ওইরে। ঐস্থু বাফম অহূ অহূমক য়ারে অহূস্থু কলিকটাদা নত্তে, মরুপ অমগী পাউতাক মতুং ইম্না মাবু ভেলরদা থারে। শেলস্থু য়াম্না

চংলকলে ঐগী ইথুত্তদি শেল করিবতা লৈরে।

কল্যাণী—অদুগী মতুংদদি ?

ডলি—শেলগীদমক অঙাওবিগী পাক্ষমগুমা কোইচেন চেন্দুনা থিরে ক অমতমসু পিথিয়কত্রে, কনাগুমনা পিনিংবা য়াওরবসু মাগী মিং অদু উবদা কীদুনা চেল্লকই। থবক তৌবগী রোমদা য়েংউরব অজাগী অজ্ঞানি। সমাজ অমিগী মথক্তা ওহোক্না তুকচত্র অমা পোক্লে। মীওইবা হায়বা জাৎ অসিনা অমুক লো তৌবা ঙমলবদি ঐনা ঙম্মোইদবা অসি করিনো।

কল্যাণী—খংজরে, ইচে মহাক্কি থম্মোয়মনুংগী লুংঙাইতবা পুম্নমক খংজরে ঐখোয়দু ঙাকশিন্নু, খংউদবনা নত্তবা ব্যবাহার চৎপ্রে, অয়াক বাহৈ কয়া শিজিন্নখ্রে।

ডলি—[ কল্যাণীবু কোন্দুনা ] নত্তে ইবেম্মা, নংগী দোষ করিমত লৈতে, দোষ পুম্নমক অসি ঐগী ইরাইবকনি। ঐনা নঙোন্দ হায়জগদবদি ইবেম্মা নংনা থাজবিয় কনাগুম্বদগী শেন-থু লৌরবসু নত্তবা লমচত্তি ঐদি কৈদৌঙৈদসু চৎলক্কে।

কল্যাণী—থাজৈ পুম্নমক থাজৈ, মহাক্কি সনাগুম্বা হকচাং অদু পাপ শোকপা মতিক নত্তে।

ডলি—ঈশ্বরগী বায়েলদদি ঐহাক ইরাল লৈরবনি মতুগী পাপ ফংলগদবনি মরমদি ঐনা পাপকি থবক তৌরবনিনা। অদুগা পাপ লৈত্র নথুং বিজয়বুসু ঐনা লৈখোমদা চিংথরবনি। ঐনা ময়া পুম্নমকপু লৌনম তৌবনি। ( কপই )

[ কল্যাণি-বিজয়, ডলিবু করম হায়না থেমজিনগদগে খংবা ঙমদে মখোয় অনিমক মমিক্তা ঈপ্পা হোত্নে। ]

ডলি—হৌজিক করি ভৌহুনা হিংগনি। ঐগীনি হায়বা হয়া য়েংবদা কনা উত্রে, করিমত্তা লৈজত্রে। মান সনমান ইজ্জৎ পুম্নমক য়োম্থোকতুনা মাবু হিংননবা হোৎনবদা ঐবু হুন্দোক্লমহুনা চৎত্রে। হে ঈশ্বর! হে ঈশ্বর! অমুক্তা তাকপিয়ু ঐ করম্না হিংগদগে, ঐবু করম হায়না হিংগদৌরিবনো?।

*Light off*

## মল্লিগুবা অঙ্ক

# মরিগুবা উৎপা

### সদাশীবগী যুম

"মপানগী কা, য়াচংবা মতমনি, অয়াম চীয়ার অমদা সদাশীব হিপ্তুনা লৈ। খোং অনি অহু ফী অমনা কুপ্তুনা লৈ। মশা অহু ময়েং য়াম্না তারে, কম্না নারবা ফিভমনি। দুর্গানা বৃন্দাদেবি মখোংদা থাউমৈ কৎলি।"

দুর্গা—তুম্বিরবরা ?

সদাশীব—তুমদে।

দুর্গা—ইমুংদা চংলসি। ইংলক্লগনি।

সদাশীব—ঙাইহাক্তং লৈখিগে। মপানগী অইংবা মুংশিং অসি ঐঙোন্দা ওম্থোক্লা মুংঙাইগ্রে। তারিব্রা ? ট্রেনগী মতম কম্না বাৎলিবগে ?

দুর্গা—কলিকতাদগী লাকদবা ট্রেনগী মতম য়াম্না বাৎলি। য়াচংবদা মঙাইরি। অম্নুক য়াম্না লাংতক্লরিবা করিগীনো ?

সদাশীব—করিনোনে নংনা হায়রিবা অসিবো ? করিগী লাংতক্লরোইদদগে, মতম কুইনা উনত্রবা ঐগী ইচা বিজয় লাকদোরিববু করিগী লাংতক্লরোইদগে। য়েংউ দুর্গা মানা লাক্লগা ঐগী ইখোং অনি অসি পায়রগা ঐখোয়না তাখিবা পুম্নক অহু মীনম্বা ওইদবা ঙাক্তনি হায়রগনি। লাইরিক কম্না হোৎনবদগী মা লাকপা ঙমদবনি, কলেজসু ছুটি ফংদবনি হায়রগনি।

দুর্গা—তাকপিরিবা অহু লেয়মক অওইবা ওইসহু।

সদাশীব—য়েংউদনা ঐনা হায়রিবা অসি শোইদবনি।

দুর্গা—য়েংওই, অসি নোংমা নিনি গুরে, ঐনা কম্রিগুম্বা অমা হায়রোক্পা ওমদনা লৈরিবা অদুগা করম্মনু য়াম্ন অসি হৌরোক্লদগে থংম্রে।

সদাশীব—কম্রি বানো?

দুর্গা—ঐখোয়গী কল্যাণীগী বাল্লি। মতোম্দা ঐনা চৎখিবা শাজং ওাংখিবা য়াওাং শন্দুরগা ইতোমত্তু ইকাইখি, নুপীমচা অসিবু ঐনা হুগী মিৎয়েংদা য়েংউরে। অদুবু অওইবা হায়রবদি মশক য়েংউরগা লক্সিমুক ফত্রে, মওন য়েংলুরগা ময়সঙ্গীদুক মওন লৈ।

সদাশীব—মতম অমদা নহাক্তি চিংনবা অসি কোত্লুনি হায়বা ঐহাক থংই।

দুর্গা—নহাক্না কম্না নাব কান্দা মানা তৌখিবা সেবা ঐ কাউবা ওয়লোই। মুমিদাং তুমদবনগু মশীং মাইখিদ্রবনি। শেন লৈত্রবা ফাওবদা মঙকগী লিক য়োন্দুনা মুহয়দগী অচৌবা ডাক্তর কৌদুনা লায়েংহল্লি।

সদাশীব—চুমই মাগী মওন্দি চাংদমনিংঙাই লৈতবনি।

[ দয়াল য়াকই, দুর্গা চংখি ]

দয়াল—করম তৌবিম্রি ডাক্তর বাবু?

সদাশীব—কনানো, দয়ালনা? লাউ-লাউ কয়ো লাউ। নখুত্তা পায়রিবা অদুনা কম্রিনো, হৈয়া?

দয়াল—লাইয়বন্নিনা নিংলুরবা ফাওবগু লৈবা ওমজদবনিনে ডাক্তর বাবু। ইথনা ডাক্তর বাবুগী কায়বস্রি লিংবা ওমনকদা

পীবিদবনিনে। কৈথেন্দা অসুম চৎলুবদা চন্দ্র। ময়াম থোকপা উবদা ডাক্তর বাবুবু নিংশিংহনা লৈহনা পুজরক্লিবনি।

সদাশীব—হায় অঙাওবা, করিস্থ কান্নদবদা শেন অহুক য়াম্না তিংউরিবা করিগীনো! অহুক নংবা নংনা তৌরকইবসি করিনো?

দয়াল—মতম পুন্নমক্তা অবাৎপদা ওইহনা লাক্লিবনি ডাক্তর, বাস্তনদনস্থ লৈগদৌরি অহু ওইরবস্থ অফবা থবক অমতা তৌররোইদ্রা। বা অসি তোক্লসি হৌজিকপু করম তৌবিস্রিবগে।

সদাশীব—ঙসিদি থর নুংঙাইবগুম তৌই দয়াল।

দয়াল—পুন্নমক অসি ঈশ্বরগী থৌজালনি ডাক্তর বাবু। ঙসি বিজয়স্থ লাক্কনি হায়বদাই, ঙসি নোংমা নিনি অসিগী মনুংদা নাবা শোইদনা ফরগনি। ঐস্থ হল্লগে ডাক্তর বাবু হয়েংমুক লাকচগে। চপ্রাশিং অসি অসিদা অসুম থমজরম্মগে।

[ দয়াল চৎখি, হরেন লাকই ]

হরেন—করিনো ডাক্তর! য়াচংঙবা ফাওবদা মপান অহিংবদা লৈরিবসিবো।

সদাশীর—মতম পুন্নমক্তা ইমুংদা হিপতুনা লৈবসি স্কুনগদোই মাষ্টর বাবু। থংবিরিবা অহু মঙাই পুন্সি অসি অসুম কোইচৎ চস্তুন লেল্লক্লবনি ইমুংদা ফাজিন পুনশিন্দুনা থবদি করম থাংবা ঙমগনি।

নরেন—ভাবভাদবা তৌগনু ডাক্তর। অনাবগী চৈনাখোন পুমকোক কোকত্রি, থর চেকশিন্না লৈগদবনি। নহাক্লা নহাল হায়বদাই **Third attact is the last attact,** নংদি **Attact** অন্নিরক থোকগ্রবনি। হৌজিক চেকশিনহৌব্রবদি ডাক্তর।

সদাশীব—ঐ ভাব লোইনা তাই মাষ্টর অহুবু ঐ ইমুংদা মিকুপ অমতা লৈবা ঙমদে। প্রকৃতি, অতিয়া অমসুং নুংশিৎনা ঐবু মতম পুম্নমক্তা চিংই।

হরেন—অহনথংদা করি অমুক ওইথংলকে হায়রিবনো?

সদাশীব—অঙাং ওইরিঙৈগী অব্যাসনি অহু লোইশিল্লমদাইদা মহুগী বাখল অহু থম্মোয়নুংদা ফাওরকই। য়েংউ থাগী মঙাল অসি কয়াদা ফজগ্রবনো। ঙসিসিমক পুর্ণিমানি নিংশিংলিত্রা মাষ্টর, অঙাং ওইরিঙৈদা জাদগী লাখোং অসিগী মপান্দা ইবাম্নিনা চেন্দুনা ফম্বদো? নহাক্না বাঁশী খোংলগা ঐনা শৈরেং খাবদো।

"অসিগুম্বা থাজগী মঙালদা
শিরবম্থু লাইবক ফবনি।
অহুগুম্বা মীশি অহু
স্বর্গ কাবগা চপ মান্নে।"

[ জামিনি মণ্ডল চংলকই ]

জাম্নিনি—য়েঃ ডাক্তর নং থর ফরেদ্রা? ফরে ফরে, ওম্বোক্না নুংঙাইরে ও মাষ্টর বাবুস্থু ফমইদনা, অমুক্না হেম্না ফরে। অহুবু ঐগী শেলগী মরমদি করম তৌবা তারে ডাক্তর? ঐ মতম থর হকচাং ঙমদহুনা লৈরুরে অহুনা শেন থোবা লাকপা ঙমদবনি, হৌজিক্তি শেনগী মরম অহু ফাইনেল অমা তৌথোক্লসি হায়দুনা লাকপনি। ও অহুগা বা অমগা নংগী মচানিপা অফবা বিজয়দা ঐগী ইচা নিঙোল থাজগে

হায়বদে৷ মহুগী বাহু নংগী নমাংদা মাষ্টর অসিবু শাক্তি থমহুনা হায়দোকচরবনি। অহুগুম্বা ওক্তবা অঙাংগী মখুত্তা ইচা নিঙোল থাজবা হৌনদে, মহুগী মহুত্তা ইচানুপি অহু মথোং-মখুৎ পুন্নগা ঈশিংদা থাদখিবনা হেন্না ফে।

সদাশীব—জামিনি বাবু !

( লাংতক্লবগা লোয়ননা খর থবেৎ থবেৎ হোল্লি )

হরেন—ডাক্তর ! অহুক য়াম্না লাংতক্লগনু, খর তপথো। নংগী হার্টকি ফিভম কয়া ফগে হায়বসি নং কাউগনু। জামিনি বাবু ! ঐনা খুৎ লোয়্নহুনা হায়জরিবসিনি। জামিনি বাবুনা হায়বিনিংবা পুন্নমক খর তপ্পা নোংমা নিনি নৈরগা হায়বিয়ু।

জামিনি—ঐ অতৈ অমুক মতম পিবা ঙম্মরোই ডাক্তর ! ঐঙোন্দগী লোথিবা শেল অহু থা অসিগী মনুংদা শেন্দোইগা কোয়্না পিদবা য়াদে। মসি ঐগী অরোইবা বানি।

( চেন্না চেন্না দয়াল চংঙকই )

দয়াল—জামিনি বাবু ! জামিনি বাবু ! মাংলে মাংলে, নংগী নচা নুপা পশুপতি লিন্না চিক্লে য়াম্না থুনা অমুক্তা লাকপিয়ু।

জামিনি—করি বানো ? ( অনিমক চেনখিবা )

সদাশীব—জামিনি মণ্ডলগী বা অসিবু করিনো' ঐগী বিজয়বু ওক্তবা ফত্তবা মীনি। ঐগী বিজয়.............।

হরেন—ডাক্তর ! কিংগৎকনু তপথোনে।

সদাশীব—তারিবরা মাষ্টর, ঙরাং অহিং অসি অঙকপা মঙ অমা মংখি। বিজয়, নরেন অমসুং অজয় মথোয় অহম অসিনা খুদংগী মায়পাক্লবা মঙনি। মথোয় অহম্না মকোক থাঙজগুনা লেপ্পুনা

লৈ। মী লিশিং লিশিংনা মখোয়গী মল্লিংদা জয়ধনি তৌই। মখোয়গী দানবর্তগী অরোইবা উৎসব তৌই। কনানা করি দান তৌই থংলত্রা মাষ্টর? বিজয়না হকশেলগী দান, নরেন্না জ্ঞানগী দান, অজয়না করি দান তৌই থংত্রা, চিঙ্গাক্কি দান তৌই।

হরেন—মতুদি মঙ নত্তে ডাক্তর, নংগী থখোয়গী পর্দা মদা কল্পনাগী মমি তাবনি। নংনা আশা তৌরিবা পুম্নমক অদু শোইদনা থুংলগনি হায়না ঐনা থাজে।

সদাশীব—ঈশ্বরগী থৌজালদগী অমদি নখোয়না পিবিবা মঙ্গোল মকুনা মদু লেম্নমক ওইবা ওইসনু।

( চেন্না চেন্না অজয় লাকই )

অজয়—ইমা! ইমা! পাজি! পাজি তাদা লাকলে।

( দুর্গা চেঙ্খোরকই )

দুর্গা—কদায় য়োরকহোরে?

সদাশীব—লাক্লবরা, ঐগী বিজয় লাক্লবরা?

অজয়—ঐ মাংজোননা পাউ পিগে হায়দুনা চেল্লক্লিবনি। তা-নরেন্নে, তা-বিজয়নে, কল্যাণীনে, তুংদা লাকহৌরি।

[ সদাশীব লাংতক্লনা হৌগৎলকই ]

হরেন—ডাক্তর ফিংগৎকনু, লেপথৎকনু তুমিন্না হিপতুনা লৈনু।

সদাশীব—অজয়! [ অজয় চংশিল্লকই, সদাশীবগী মরেংবান্দা পায়দুনা ] কদায়দা মাবু থেংনৈ, কলেজদরা? নত্রগা মাগী হোষ্টেলদরা?

দুর্গা—করিনো তৌবিরিবা অদুবো? তুমিন্না পোথাদুনা লৈবিয়ু।

অমুক অনাবা হেন্নবা থোক্তনিকো।

সদাশীব—করিনোনে অজয়! করিগী তুমিন্না লৈখিবনো, কদাইদা মাগা উট্টে, কলেজদরা?

অজয়—নত্তে।

সদাশীব—হোষ্টেলদরা?

অজয়—নত্তে।

সদাশীব—অদুদি কদাইদা, হায়রু অ ওইবা হায়রু মপাগী মকমদা মীনথা ঙাংবা তৌহৈদবনি।

দুর্গা—কৈদৌবগে, তুমিন্না অমুক্তা লৈখিরু।

সদাশীব—ফরে কনা অমত্তনা করিমত্তা হায়রবস্থু ফরে। ঐনা মঙোন্দা অরেপ্পা অমা হংগনি মহাক লাকখিসন্ন। ঐনা মঙোন্দা হায়গনি, ঐগী থোং অসি পায়দুনা হায়রু ঐগী পুন্সিগী আশা থুংহনগনি, কায়হল্লোই হায়দুনা ঐগী মঙ্গু মহাক্না ..........অা ...অা।

[ সদাশীব শংহোদনা বাহত্রে, অরোইবা মাহিপ তানখ্রে ]

অজয়—(মপাবু কোন্দুনা কপই, ময়াম চংদুনা অরাম চিন্নারদা পুশিল্লি, দুর্গা লাওনা লাওনা কপলকই, হরেন মাষ্টর মিহুল পায়দুনা য়েংলগা মাররোই হায়দুনা মঙক হাইরকই, ওহাক লৈরগা কল্যাণী, নরেন, বিজয় চংলকই )

দুর্গা—বা ঙাংবিত্রিবা করিগীনো, মিৎ পাংথোকপিরু মিৎ অমুক্তা পাংথোকপিরু, নহাক্কী বিজয় য়ৌরক্লে।

[ বিজয় কল্যাণী মায়া ঙক্না য়েংদুনা লৈবা নরেন্না ]

নরেন—কপি তৌরবগে বাবা?

হরেন—হৌজিক্তা হার্ট ফেল ওইগ্রে।

নরেন—হায়বিরিবা অদুবু করিনো ?

[ বিজয় কল্যাণী চেনশিন্দুনা সদাশীবগী মখোংদা কোন্দুনা কপই ]

কল্যাণী—পাজিহল ! পাজিহল ! ( কপই )

বিজয়—পাজি ঐ হল্লক্লে পাজি। ঐ থংই, ঐগী পাপকী ইশক্ অসি য়েংনিংদবদগী ( উন্নিংদবদগী ) নহাক চৎখ্রবনি। অদুবু পাজি নহাক্না অমুক্তদি ঙাকপিরম্মু, নংনা ঙাকপিদ্রবদি ঐগী পুন্সি অসি মাঙবা তারে। ( কপই )

[ হরেন মাষ্টরনা তপ্না-তপ্না বিজয়বু কোনথংলি, নরেংবান পায়দুনা থেমজিল্লি ]

হরেন—ঐঙোন্দা য়েংউ ঐগী বা তাও, পুন্সি চুপ্পা কণ্ডুনম্নু নহাক্কী পাজি অমুক হল্লক্লরোই। তশেংনা অওইবমক নহাক্ক নংগী পাজিগীদমক নিংঙমদ্রবদি তশেংনা প্রাইচিৎ তৌনিংলবদি অমস্তুং অফবা মচা অমা ওইগে নিংলবদি নপাগী মখোং অনি অসি কোন্দুনা বাশকউ, নহাক্না মংলবা মঙ অদু শোয়দনা পাংথোকনি হায়না ।

[ বিজয় সদাশীবগী মখোং অনি অদু কোন্দুনা কপই]

বিজয়—পাজি ! ঐনা ঙসি বাশক্তুনা হায়জরিবসিনি, পাজিনা মংলবা মঙ অদু ঐনা শোইদনা পাংথোকচগনি। ঐ অমুক হন্না ওক্তবা নত্তবা লমচৎ চৎলরোই। নহাক্না ঐবু আশীর্বাদ তৌবিরম্মু পাজি ! নহাক্না ঐবু আশীর্বাদ তৌবিয়ু।

## লোইরবা